# সনাখে হূখে, লেবাক্তে

অইবা

জি, সি, তোংব্রা



রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল।
১৯৯০

**Kak-khraba Kok-yam and Sanakhei Hukhre Leibaktei**

**( Two Manipuri plays written by G.C. Tengbra, May, 1990 )**




অফোংবা ঃ— শ্রীমাইরাংথেম কুলজিৎ সিং,
সেক্রেটরী, সোসাইটি থিয়েটরনা
রাইটরস ফোরম, ইম্ফালগী মায়কৈদগী ফোঙবা

কোপী রাইট ঃ—অইবা

চহী ঃ— অহানব খুৎনম, মে, ১৯৯০

মখুম ঃ— শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ

কোপী ঃ— ১,০০০

মমল ঃ— ২০/—

---

মম্ফম ঃ— নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস
পাওনা বাজার ইম্ফাল।

# ৱামাং খর শেংদোকপ

মতম পূম্ব মাম্নদে। হায়বদি হায়নৈঃ মাল্লক্লেদা য়াওশঙ মতম, বারুনী মতম। চৈরাওবগি চাক য়েঙ্খাং মথেল চারকইব ৭০ গা কয়ানো হেল্লে; মানবদি ফন য়াওই, মান্নবদি অমত্ত নত্তে।

ঙরাংগি হয়েং ঙসিগ, হয়েংগি ঙরাং ঙসিগসু চপ মান্নে হায়ব য়াদে। ঙরাংগি হয়েংদ মীৎয়েংতু মাঙলোমদ য়েংলকই; হয়েংগি ঙরাংদ মীৎয়েংদু তুং হন য়েংবনি। ঙরাংগি ঐহাক, ঙসিগ খর খেন্নরে, নোংম শিংব নত্রগ নংথব হেঙ্গংলে হায়গদ্রা!

হৌজিক মতম মণিপুর ঐখোয় মীয়াম খুন্নাই, থাইন নিংথৌ পাল্লিডৈ ননাই ঐখোয়দু নত্রে, সাহেব পানব নৌরিডৈ ইংরাজী তম্মগ মাংগদ্রা কিনব মতমদু নত্রে, বন্দে মাতরম লাওব ফাদ্রে হায়ৰ খঙনরে অমাং অশেং জাৎ বিজাৎ ধর্ম্ম তিন্নব তিন্নদব, ফিজেৎ চাকচা, লৌন লৈনব মাগি মাগি পান্নব মনীংমখা, অতোপ্পন কম্না থিংনরুদ্রে হায়ব খঙনরে, শাথীন য়ু ঙাওবগুম্ব, পুল্সি তেম্নব কানী, হেরোইন চাৰগুম নত্রবদি থিগৎনরুদ্রে।

নীংখা তম্বগি লাঞ্জংদ খা আফ্রিকাগি মীমু লুচিংব নেলসন মান্দেলা মীঙৌ য়ামদবশিংগি মীওং লৈঙাকী মায়োক্তা আন্দোলনগি চহি ২৭ জেলদ লৈরুবত্তু থাদোকখ্রে, রুশকি অফা অপুন অথিংব কয়াম্ন থাদোকখে. রুশকি কম্যুনিজম উনজীং অচৌব

কিনরম্বদু গনতান্ত্রক মহী ওন পাক্ শন্দোক্সে মীয়াম নুংঙাইনবা সুপর পাউৱার অনী মুক্কতুন নিউক্লিয়ার বোমগি লাঞ্জাও থোকদ্রা কিনরম্বদু য়াম্ন ইংথখ্রে, উনরে তুংগি থোঁদোক অকিব মাংজোনন উরম্ব প্রলয় থোক্লব য়াই ইং ১৯৯৮/৯৯ সুৱাইদ হায়ন ফাওখিব জর্ম্মানগি নোস্ট্রাদাম ১৬ শুব শতাব্দিগিদো লাইফাওশিংদো নিংশিংনরে। থাজনরে ঃ মহৌশাগি খুদোংথীব য়ুহারাব ঈশিং চাউব গুম্বনসু প্রলয় থোকহনব ঙম্ব য়াই। নুমিৎ মঙাল চুমথোকপ Ozone গি থকখন ময়েং তাথরকপ কার্বোন দাই-ওক্সাইদ মৈ চাকপদগি হেম্ন থোরকপ নজ্রগ হু মখল মথা environmental pollution দগিসু চাসিন থকচিন মীয়ামদ প্রলয় থোকহনব য়াই। অঙকপ মতম্নি মখুৎহৈরব শিংলব মীন শাজব Nuclear Reactor দগী লিংথোরকপ হূন অহৈব সাইন্টিষ্ট লৈঙাকপথাপ পায়ব অচৌ অশাংবু শোকনু শিহনগনু য়ারোই। শক্তি পায়নীংব মতিক মরল লৈব, নুংঙাইব পেন্দব, নিংথৌ শান্তনু ( আজকালগি ) মচানুপা নুংশিদ্রাও ? দেবব্রত (ভীষ্মগিসু) খর য়েংবিয়ু। চহি লিশীং ৭/৮ নিংথৌ ওই অহাওবদ চা অপাম্বদ তৌব ঙম, ফজরবী মশীং নাইদন লৌরবফাও হন্দব, পেনব নাইদব যযাতি নিংথৌ, নঙন নচানুপা পুরুগি পাখঙ পুন্সিদু চহি লিশীং অমসু ৱাইরগ নচা পুরুন য়াহুন চহি লিশীং অম নহুৎত হন্দুবদু কমদৌবগে তাকপিরমদব করিগিনো ? করি মতাংদা করি লাইৱান পেনবগে হে মনীং থৌব নিংথৌ, অঙমঅথৌ মন্ত্রী মতিক মরল লৈব-শা ? বনপর্ব্বগি ট্রেনীং য়াওদব য়াদবদগিরা হন্দক ভারতকি নীংথা তম্ব পুরকখিব

কোঙ্গ্রেশ পার্টিনি, করিগিনো কুমশি মাইথিখিবা ? শক্তি পায়রুবগি হৌনব দুর্য্যোধনগি লাইথুং মী উদব, নাপন্দুন ৱাংখৎলুব, হেন্ন ৱাংন লাম্মুৰদ বিজুলী তারান কচ্ছরকপ্রা ? নোংলৈ নুংশিৎ লেন্ন য়ৈথরকপ্রা ? য়াম্ন ৱান লৈবাক্কি সেবাদ মশা কথোকচ মন্ত্রী নত্রগ অওম মথৌ ওইজ শেন খুঞ্জরে নুংঙাইখৎচরে লৈবাকপুদি কাউখিব ওইথোক্কব নত্তে ! অমরোমদ লৈতলায়রদগি লৈন্নুং চং-লোৎ খুৎলাই থি লাহ্নৌব শা, ৱান হিংলু নোংমৈন পান্দনব চেনবদু অমুক নুংঙাই খৎ লৈবাকপু নুংশিরক শিব ফাও লৈবাক্কি সেবাদ মথৱাই কৎকে খনব মী থোরকহৈদ্রা ? মখোয়নীদু ইলেক্সন্দ ভোট লেপমিন্নরদি কনাদ ভোট থাদনি ? লৈবাক্কি য়াইফনব হিংচাবী লায়রেন্বীদ অম ফারগ সরেন চনব তারবদি করম্ববু চন্নি ? মতমসি কুপ্ল ৱাখন খন্নব যুগনি ।

লেখক ।

# ৱামাঙ য়ানবা

মণিপুরগী অইবশিংনা মতম পূম্নমক্তা মায়য়োক্করিবা সমস্যাশিংগী মনুংদা অমদি মথোয়না ইজবা লাইরিক ফোঙবা ঙমদবা অসিনি। অৱাবসি কোক্লবা হায়দুনা খৃঃ কুঃ ১৯৮৮ গী সেপ্টেম্বর তাং ৩ দা "অইবশিংগী মরুপ" ( রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল ) কৌবা সংস্থান অসি ইম্ফালদা লিংখৎখি। অইবশিং অমস্তুং সাহিত্যবু নুংশিবা মীওই কয়ানা পুল্লগা লিংবা সংস্থান অসিগী মরুওইবা পান্দমদি অইবা অমবু ময়াম চঙদুনা মতেং পাংবনি অমসুং মহাক্কী লাইরিক ফোংহনবনি। অইবা মশা মশাগী থাগী শেনখায পূথোক্নে অদুগা অপূনবা শেনফম শাগৎতুনা মথং মনাউ নাইনা অইবশিংদা ফংহল্লি।

মরূপ অসিনা লাইরিক ফোঙদুনা শেন্দোং তানবগী ৱাখল লৈতে। শুপ্নতগী অইবশিংবু পুক্নীং থৌগৎপা, তেংবাংবা অমসুং মগুন লৈরবা লাইরিক কয়া কয়া ফোঙদুনা সাহিত্যগী পূক্কে হেন্না চোনহনবা অমসুং হেন্না ইনাক খুলহন্বনি। খোঙজং অসি লাইরিক ফোঙবগী মাইকৈদদি অনৌবা আন্দোলনগী মশক অমনি।

শ্রী জি, সি তোংব্রানা ইবা, 'ককথ্রবা কোক য়াম' সনাথৈ হুথে্র লৈবাক্তে কৌবা ( ড্রামা ) লাইরিক অসি ফোরম ( মরূপ ) অসিগী মঙাশুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি খ্বাইগী খুত্তা শিন্নজরি।

লমাবম বীরমনি
জেনেরেল সেক্রেটরী
রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল।

ইম্ফাল, এপ্রিল, ১৯৯০ ইং

## লৌব য়াব ৱা খর, ঈতিংনব ঃ

### ১। পৃথিবী ( মালেম )

লৈচীন নোংফায়গুম সরাসল্ল গেসন মৈজাওহৌ চাকপদগি ইংথরক মপং মতুম ওইরকপদ চহি ক্রোড় চামরী হুম্ফু তরা চংখি।

### ২। মহাসাগর ( ঈকোনচৌ )

অরেপ্প নাযদন ঝম ঝম নোং হৈথবন চহি লিশীং হুম্ফুদ থোকহনখিবনি।

### ৩। মীওইপোক

আফ্রিকাগ পাৎপান জঙ্গলশিংদ তাব হৌখিব চহি লখা ২০ গি মমাংদনি।

### ৪। রামায়ন

অযোধ্যাদ শ্রীরাম পোক্কদব চহি লিশীং হুম্ফুমরীগি মমাংদ রামগি ৱারীদু লেংখ্রে হায়। মহাসাগর ৫ থোক্লব নোং হৈথবদ চংব মতম চহি লিশীং হুম্ফূদগি মরীবু থোইখিব জাৎনি। মাইব মাইবী, তান্ত্রিক মান্ত্রিক, ইলেক্সন মমাং মীহৌহন ৱাজাউ, ভোট নিব, নুংশি-নুংওন নিব, জুৱারী, কারবারী কয়ান ঙাংব মীনম্ব ৱা কয়া থাজরব ঐখোয়ন শ্রীরামজী প্রভূগি জন্মবিবরণ থাজব কয়াম ৱাদগে ? থাজনব লাংজিন ইরম্বাইগিদি ঃ আইজাক নিউটন পোক্কদব চহি লিশীং হুম্ফুমরীগি মমাংদগি

প্পল, হৈনৌ, থৈবোং মুল্লগ লৈবাক্ত কেল্লকপ ঙাক্তনি। রাম-সীতা হনুমান রাবন খোয়গি বাহৌ-বাথোক-বারোই কথাবস্তুদু মনবৈজ্ঞানিক সত্য Natural law না লৈপরেং লেংবননি হায়গদ্রা ? মরোশিং লৈব মথোনা ফব অমন স্বর্গদগি মৈ লোম্ন লৌথরুরগা ( Prometheus গ্রীক ) মশান অরা অনা কয়া খাংজরুরবসু দণ্ডিফং, ঐখোয়না হুজিক Lung Cancer ফংব যাব্রা যেংনব গুইন চুরুট চম থক্করি মাগি মৈতুন। ( চিংমায়দ নুংথক্ত মৈ হুরাল্ল বগি প্রোমেথা ফোউন থম্বিখি জিয়সন, অয়ুক নুংথিলদ হগল অমবু মাগি Liver দু শেং শেং চাথোকহল্লি, নুংদাংদ অমুক শোগংহল্লি )।

## ৫। রাবণ

কোক্লোংব, কোকশৌব, পাঙ্গল, অথৌব, লৌশিঙব, হৈশিংব ... পৃথ্বী দিগ্বিজয় ঙম্ব, লাইয়াম্ন কিনব হিংচাব নিংথৌ, ( বালী হনুমান অঙ্গদগুম্ব য়োংগাদ কয়া পরুদে )

পৃথিবীগি মহাকাব্য, মহাপূরান, উপন্যাস, নাটক, সাহিত্য কয়াদ য়াওখিব শক্তম ঐন খঙজবশিং মরক্তগি রাবনম্নুক ঐঙোন্দ নুংঙাইহনব কল্লকহনব নোক্লিং-কপ্পিংহনব ঙকহনব শক্তম থিব ফংদে।

করিগিনো ? মকোক তরাহু মরেংবান্দ পরেং লেং য়ুংলিদ্রা অয়েকপদ উনবগুম ? চেনব চোংবদ তাহৌরোইকো ? চাউব চপ মান্নরমদ্রা ? অরাথবি পানব য়ুবী পানবদৌন তৌরমদ্রা ? মকোক অচৌব ১ খিল্লগ অতৈক্ত মচা মচা নপ্ল

জাৎলা ? মখোয ১০ চু অফ ফত্ত অথৌব থৌদব খেন্নব য়াওরম্নিদো। ফত্তব কাংবুন য়াম্বতুন হিংচাব চিংলিবনি। মাগি ফমুংদুদি T. Shaped ওইরমদ্রা ? করম্ব চীলন করি য়েঞ্জাং চানীংঙম্নি ? পেরুক হৱাইথ্রাক চম্ফুৎ চানীংব য়াওরমগদ্রা ? কোবী মনাগুম কোক ১০ চু লোন্নব জাৎলা অমগি মথক্ত অমন কোন, থানব কন্নব ... হৱাগাড়ীগি স্পিং য়োৎ লোন্নবগুম।

মরোই নাকুপ্পী থোইদি ঙাস ককলুবগ যোন খর নৈরগ অমুক চোংখৎলি। খুদক্ত শৌগৎলমদ্রা ? তপ্প থিঙ্গৎলকইদ্রা রাবণগি ঙক থক ককখিবগ ফৎ চোংখৎলকইদ্রা ? উনীংখ্রে, খঙনীংখ্রে। ... মণিপুরগি বিজুলী থাংমৈন শোন্থবগুম কল্পনা শক্তি খর তোম্বরকপদ রাবণগুম্ব অঙকপ শক্তমগি মচৎ মতৌ মশক মগুণ নিংশিং শানব ঐভোন্দ য়াম্না কান্নে। রাম নিংবন কোবী চম্ফুৎনি, রাবন নিংবদি কোবীগ ফুৎমিন্নব পেরুক্নি।'

## নরমেধ যজ্ঞ।

পঞ্জাব, হরিয়ানা, জামু কাশ্মীর, লঙকা, আসাম, ভারতকি মফম অতে খরদম্ব মীদ পাংহাংত হাৎনরকই, মীহাৎ যজ্ঞ লিংখৎলিব্রা ? করম্ব শক্তি পামদুন যজ্ঞদ মীগি মঙক লংশিল্লিবনো ? ঙাওবনরা পঙবনরা মীগ মীগ মুক নুংশিদ-বসিবো ? মীসি হিংচাব লোইন ওল্লবজাৎলা ? পুরোহিৎ কনানো যজ্ঞগি ? মহৌশাগি খুদোংথীবনা, মৈ ঈশিং নুংশিৎকি, একসিদেণ্টন লায়না লায়থুং, অকিব অঙকপ কয়ান মীয়াম হাৎলিবদুন পেন্দ্রদুন মীন মী অমুক কম্ন হাৎনব পাম্মিবসিবু

হূই অঙাওবৈ লায়না মীদ পকপ নত্তন করি ওইদগে ?

কনান হান্ন ঙাওবা হৌখিবগে ? শক্তি পায়বশিংন হিংচাব ওল্লুব্রা ঙাওরুব্রা পেন্দব্রা ? থাংব ঙম্মক্লুব লৈত লায়র লাইবক থী, শিব কিদ্রবশিংনা থৌনা ফরক লমন খুম্বা ধর্ম্ম লৈখাতাহন মীওৎ মীনৈব নিংথৌ অঙম অথৌশিংবু মথৌনা লৈবশিংন লাহ্লোরক নীংখা তম্ব-ফংনব হৌগৎলকপ হাৎলব অমুক মশান তাবনি। ভগবানগি যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি শক্তি থকপদ য়ুঙাও ( Hubris ) কাউখ্রে দেশ ভক্তনি, ভোট ফং, মন্ত্রী ওইরুবদৈ দেশ খঙখিদ্রে লৈখা তারিব দরিদ্র নারায়ন হিংব ব্বারিবশিংবু। থৌনা ( gun ) থিরগ চাদদন শিবস্থ শিব, মী হাৎলুরগ শিরস্থ শিরগে, শেন শক্তি পায়রগ পায়গে, লাহ্লোরে, Terrorist ওইরে ; মীবু কিহল্লগ শেল শক্তি পায়খৎ লৈবাক শেম্মগ শান্তি, ধর্ম্ম দেশ প্রেম লিংখৎ-লগে, হোৎনরবদি অবতার ওইরোইদ্রা ? ভারত্তা কুরুক্ষেত্রগি লান হৌখরে ভীষ্মগি ১০ নী ধর্ম্মযুদ্ধ লোইখ্রে। মীনম্ব, করিগুম্ব পাম্বৈন হাৎলগ লোইরে। হেন্দ বোম, চক্রব্যেহু, হূরান লান্না, উরুভঙ্গ, অহিংগি লান অশ্বত্থামা, অঙাংহাৎ।

## ৬। রোবোৎ।

মী হোংলে, পোৎ তাংলে। হিংচা য়াতম্ব লিচীং Solution য়ুদয়ান মতমগি মীদ পীথকখ্রে, ইঞ্জেক্সন কাপখ্রে সিদ্ধ পাল্লে মী, মী হাৎনীংলে, নুংশিব খঙনদ্রে। চাউখৎপ মীরৈবাকচান ধাতুগি রোবোৎ শাব তান্নরি ; জাপান্ন হেল্লব্রা ইউ-এস-এ না হেল্লব্রা খঙদে। ভারতকিদি অহোংব মীবু

শাগুম্ব রোবোৎ ওলহম্নব হোৎনরিব্রা শিব কিহন্দব, সুংশিব খণ্ডহন্দব, কিব খণ্ডহন্দব হাৎন শুনহনব ( শেন শীজ ) শারমচৎ স্কুল, শারমচৎ ধর্ম্ম, শারমচৎ রাজনীতি, হিংসান শক্তি তানব barbarism। মী হাৎলগ শেন তানব কারবার, রাজনীতি ধর্ম্মনীতি ঃ শেল শীরগ মী লৈব রোবোৎ শাহনব।

৭। ঈংন শাওব।

'When one is in a good, sound rage, it is astonishing how calm one can be (Dulwer Lytton) কনাগুম্ব অমন নিংথিন শেংন শাওন লৈরব মতমদদি, অঙকপনি মহাক্তু কয়া ঈংথব ওম্বগে হায়বতু।

( খুদম )

অয়াম্ব লাইরিক লেংবশিংদি ঈংন শাওরব ওাক্তনি। সুংঙাইরিবশিংতুগি মরম অমনি।

৮। লৈগুম শাৎনব।

"Life is not one Straight line. Most of us have to be transplanted, like a tree, before we blossom. (Louise Nevelson)

পুন্সি হায়বসি চুমদ্রিং চিংলগ লোইব লৈই অম নত্তে। ঐথোয় অয়াম্ব অমুক লৈ চারাগুম লিংথোকপ তায় লৈশাৎ তমদ্রিবৈদ।

লাইরিকসিগি শরুক খর পারুবদগি কনাগুম্ব হম্মুরৈ অমন অনৌব য়েম্নীং ফং আতোরগুলাপ কৃষ্ণমূর্ত্তিগুম লৈশাৎ তমথ্রবদি লেখক মুকাকলৈন হরাওজনি।

৭। ওর্ফিয়স।

"and then the Women Rushed back to murder Orpheus, who Shretched out his hand in supplication, and whose voice, for the first time moved no one. They Struck him down.

অদুদৈ নুপীময়ামছুন হন্দুনে চেনখিনখি ওর্ফিয়সপু হাংলগে হাম্নছন, মহাক মখুং তিংখোকখি তাকপিনব নোঙ্গ, অদুগ মাগি মখোঙ্গেলদো, অহানব ওইন কনাগি খমোইদস্ব শোক্কউব শুমখিদে। মখোয়ন মাবু য়াম্থুখি।

All though those lips to which the rocks had listened, To which the hearts of Savage beasts responded His spirits found its way to winds and air

অদুগ মচীনবানশিংদো, নুংজাউশিংন মবুক্লিং চংন মরোল তাবিখিব, জঙ্গলগি লমশান ফাও থমোই শোক্ক তানখিবদো মাগি থবাই মিচু লম্বী থৈখে, মালং ঈহুল তম্মখে।

The Poet's limbs lay scattered where they were flung in cruelty or madness, But Hebrus River took the head and lyre. And as they floated down the gentle current, The lyre made mournful sounds, and the tongue murmured in mournful harmony.

করিগি হকচাং মককশিংদু ইচায় চায়ন তাৱি; মখোয়বু তমথীন নক্রগ তাওফৈন লংথোকখিব মকমশিংদুদ, অদুবু হিক্রেন ভুরেলন মকোক পেনাগদি পুথখে অমদি মখোয়ন তাওথব মতমদ অতপ্প ঈচেন্দ পেনাহুন থোকহনখি অবাতেংবাথোন

অদুগ মরেদুন মুরুম মুরুম শোনখি শিকপ শৈহেক ( গ্রীক লুপীশিংন "নঙ লুপী য়ুরিদিস শিখে, ঐখোয় ময়ামদগি অপাম্ব অমথল্লু, নিপা ওইব ( আর্টিস্ট ) ১ মাংহনগনু" য়াখিদবগি হাংখিব শাওনীংন । )

## ১০। ওর্ফিয়সকি মরাল।

অখঙ অহৈশিংন থাজনবদি লুপীশিংবু থোশাবিদন মহাক্ল লুপামচাশিংগ হৌনদন চান্নখিব।

## ১১। মতমগি ওর্ফিয়স

"The modern Orpheus Sings on a lyre without strings ... orpheus consents to dismemberment. This is the true meaning of the avant-garde".

মতমগি ওর্ফিয়সতি তারা তংখ্রব বীনাদ ঈশৈ শকই। ওর্ফিয়সন য়াজে মশাবু মতুপ মতুপ ককথংখিবদনু। এবংগার্দকি অশেংব অর্থ মদুনি।

## ১২। Alienation মীত্তোপ মীরান্নি নীংবা

"It is Precisely that Jejune (অঙাংমানব) modern term, "alienation" that Provides as with the clue, the change in the mood of alienation which came to be felt as pathetic and tragic ( লুংশিনিংঙাই, বাবিনীংঙাই ওইব ) rather than heroic and dionysian ( হরাওব ময়াইকাব ) দগি হেম্ন সমাজদ তাইবংপান্দ য়েংথীরুম্ব থুগাইনীংলম্ব লিচীংদু আর্টিস্টুন মঙোন্দ ওন্সিঞ্জরে। From

**From this reflexive energy this introversion of the alienated will, emerge the arts of silence, of the void and death, emerge also the languages of omission, ambiguity, games and numbers.**

হঙ্জিল্লকইব ঈহুল, মীতোপ্নি খল্লব পুক্নীংন থমুংদ ওন্সিল্লকপ অসিদগি থোরকই (art) মহৈশিংদো ৱাঙাংদবগি, অহাংবগি অমসুং অশিবগি, থোরকই অতৈসু লোন্দা চিংথরম্বগি, অর্থ অনী লোংবগি, শান্নবকয়াই অমসুং মশীংশিংগি।

১৩। Silence ( ৱাঙাংদব, অচৌকপ )

ক। এবংগার্দ সাহিত্যগি চৎনরকপ ট্রেদিসন। এন্টি লিটরেচর হায়বসু য়াব।

খ। মরম চাবদগি খুন্নাইদগি, ইতিহাস্তগি মী-খুৎশেম কয়াদগি, ফুরুপ্তগি ... তোঙান তাব খঙনৈ।

গ। মহৌশাদগি তোঙান্তাব, নুংশিবগি মহুৎ-নুংখাব, নুপীবু তুকচব, অশিব হকচাংদ মিহৌব, ... ঙাংদবন পাম্বদি।

ঘ। কলান মশাবু থাদজব।

ঙ। ঙাংদবন পাম্মি মতম নাইন মওং হোংব, মওং নাইদব।

চ। ঙাংদবন শোন নত্তব থোকহল্লি, খ্বাইগি লোন্দ মরান পী। অর্থ য়াওদব ৱাহৈ শিজিন্নব পাম্মি।

ছ। ঙাংদবন পুক্নিংগি কাহেনব মফমদু ফুল্লি, অহাংব অঙাও অফে, কাহেনব নুংঙাইব।

জ। ঙাংদবন তাইবংপানবু অওইব ওইহন্দে, মতমপূম্ব শৌভিজম্ববগুম নক্রগ চনৈনব।

ঝ। ঙাংদবন অখণ্ডববু চমস্নহল্লি ঃ ঐনি ঐনত্তে-গি লীলাদ, মুরুম মুরুম শোল্লি।

ঞ। ঙাংদবন তুংদ থোক্লগদব লাইতাক লাইফাও থাজহল্লি, অখণ্ডব তাইবংসি কায়রব য়াই নীংহল্লি।

## ১৪। Surrealism

### ( মঙদগি পুক্লিং লৈখা লৈরোন থিব )

**"With Freud, the unonsciocus is finally acknowledged as a larger Part of mind, and dreams join the waking State to make what Andre Breton chooses to call Surreality".**

ফ্রোইদন ঐখোয়গি জ্ঞাম য়োদব লমশিংবু পুক্লিংগি হেম্ব চাউব শরুক্লি (Iceberg কি ঈশিংমখাদ লৈব শরুক ৮/৯ গুম্ব) হায়বগুম, মঙন তাইবং পুক্লিংদ য়াও Breton গি Surreality পোকহল্লি।

**Breton's second manifesto identifies the quest of the surrealist poet with that of the alchemist; the search for the philosopher's stone gives the human imagination a dazzling victory over the world of things.**

মঙদ তোঁথ-থিব কবিশিংগি মতৌদু পাইনগি আলকেমিষ্টন ধাতু অচম্ববু সনা লুপা ওলহম্বব দার্শনিক্কি নুং থিবগ অক্সানি

হায়ন লৌই ঃ   মহুন তাইবং মহৎলান ( কল্পনা ) দা  জয়পত্র পী পোৎকি তাইবংবু লোইন থিবগুম্বগি ।

"The cause of art, at bottom, is the same as the cause of human liberty".

কলাগি হৌভমসু মথৈদদি তাইবংমীন নীংথাতম ফংবু তাম্বরিবসিগা অমত্তনি ।

Andre Breton না Surrealism দা Revolution গি পাঙ্গল য়াওরি হায়ব থাক্লে ।

"Beneath language lies a sunken continent, the true domain of men".

লোনগি লৈথাদ লুপথখুব মহাদেশ অম লৈ, মহুনি অশেংব তাইবংমীয়ামগি মরমদম ।

"The Simplest surrealistact consists of dashing down into the street, pistol in hand, and firing blindly, as fast as you can pull the trigger into the crowd"

"( সনাথৈ হুখে "গি অরোইব সীন্দ অসুম্ব নোংমৈ মকাপ য়াওবনি, Silence কি খুদমসু মরক মরক্তঃ য়াওরি কোক কেন, কোক শৌ মতাংদসু য়েংব, থির হৈব তায় )

Breton : "Dream and Waking are as two vessels communicating the substance of desire."

মঙসু তাইবংসু হি ( চফু ) অনীগুম্বনি নীংজবগি মচং শন্দোকথিনব ।

১৫। Misogynist (নুপীশিংবু তুক্কচব, শাওব)

ওর্ফিয়স, মার্কুইস সেদ, জাগেনেট খোয়দ নক্তন হেমিংওয়েসু নুপীবু কয়া লুন তৌদে।

**Hemingway always felt that Death was "just another whore".**

অশিববু ওক্তবী অতোপ্প অমনি হায়। মাগি black humor: There are no subjects I would not jest about if the jest was funny enough just as, liking wing shooting. (উচেক কাপ্পগুম) I would shoot my own mother if she went in coveys and had a good strong flight".

ফাগীবু মুংঙাইরবদি মমাফাওব ময়াম পুম্ন পাৎত তারম্মবদি, পাইবসু য়াংলবদি ঙান্নু খেরেদ কাপ্পগুম কাপকনি।

Hemingway (early years in Paris) speaks of his "new theory that you could omit anything if you knew that you omitted and the omitted parts would strengthen the story and make people feel something more than they understood. Omission compels particapation.

খণ্ডন খণ্ডন চিংথরম্ব শরুক্তুন ব্বারীডুবু মপাঙ্গল কনখৎহন্নি, মীবুসু মখোয়ন খণ্ডজবদগি খর হেন্ন থেংনবোই নীংহল্লি। চিংথরম্বডুন নমডুন শরুক য়াহল্লি।

মথক্ত পনখিব Quotation অয়াম্ব ডোক্তর ঈহাব হসানগি "The Dismemberment of orphews" (toward a Postmodern Litera ture) হায়ব লাইরিক্তগি পূবনি; মীন লাইরিক হৈ হায়বিনব, মখোয়সু লাইরিক পারগ অখঙ অহৈ শানীংনব।

## ১৬। Existencialism ( হিংনরোল )

"The basic premise of this Philosophy is the Statement that "Existence precedes essence" is the total relativism of all sensations, experince and morality.

হিংবন মরুনি, ধর্ম্ম কর্ম্ম, অচুম অরাল, অফ–ফত্ত, দান দক্ষিনা অরাইব ওাক্লনি ৱাখলন শেমখিব, অমুক হোংদোকপ নত্ত্রগ তোকথোকপ যাব।

জ। পা। সার্টকি হিংনরোলসি মশান তারকপ (ক) atheistic মীন খুদোংচানব শাখিব লায়নিন থাজদবত্ত্ব যাব।

(খ) Pessimistic অৱা অনং, ফওবদ থাজব।

(গ) Humanistic and Progressive ওমখৈ লৈতন চাউখৎ ফগৎপা ৱাবদ থাজব ( মীগি মিচীং )

Albert Camus, Luigi Pirandello ... existencialist. relativist ওাক্লনি। Pirandello দি total sceptic নি থাজদব। মহাক্ থাজবদি "There are as many moralities as there are persons. মী খুদিংগি মরম্নাই অফ ফত্তগি বিচার লৈজৈ।

Hemingway ত্ত্ব থবক অম তৌরুরব তুংদ ফৈ হায়ন থেংনরব মতু moral নি, ফত্তে হায়ন থেংনরগ immoral নি।

## ছীরম

# কক-থ্রুব কোকয়াম

## ( রাবন কয়াই )

**Act I/A**

কোন্নুং, গাদীদ, নিংথৌ রানী ফম্মি। হৈরা, পান ক্বা, লৈ পরেং—নাচোম ফজরব প্লেট্রা থেন্দুন থম্মি, থক্লব লিক্লী, ঈশিংগি খুজাই গ্লাস থেন থম্মি—থর ৱাংব উপু মথক্ত রাবনগি মকোক ১০ অশাব খিল্লি, ৩/৪ ন তুই। ফিয়ান্দ ফি থর—য়েং ওইদ মীতৈ লাম্মী ফিজেৎত থাং চুংগোই পায়ব অনী নিংথম্বন নিক্তুন লেপ্পি, হকশেল্লব ওইন।

### মতম

### নিংথমথা অয়ুক্কি।

নিংথম ঈশৈ ( থক থক নিকই ) তপ্ন মাইখল হাং :— হৌজরে লীলা— সোসাইটি থিয়েটরন শান্নব :— "ককথ্রুব কোকয়াম"—রাবন কয়াই, তোংব্রান থিগৎপ করপ্সন মরু ঈফুৎ—ডাকপীয়ু অরান অহুই মহাদেব ইবুংঙো-পার্ব্বতী পতি নটরাজ প্রলয়ঙ্কর !

( হাংলবতুংদ )

য়েংবীয়ু তু—!

ফম্লে তাংবন্দ লৈম নিংথৌ অনী মৈতৈ কোন্নুং য়াইফ-শক্তম অবা-অনা চংদ মও, হকশেল্লরি থাও-চুঙ্গোই অনীন থৌগল ; নিংথম অয়ুক্ত কপ-কপ নিক !

( লৈম নিংথৌন—অরুম্ব অনানব ফিজোন—overcoat, শাল, মৈফু—থৌগল্লন ফিজো শেৎলিংং থক থক উন ওনব য়া-নিক )

নিংথৌগি ইঙ্গিৎত রানী হৌগৎ লিক্লীদৈ গিলাসতা থর হৈরগ কে—ন লাম্সিল্লি, নিংথৌন থক্লিগৈ, রানীন লৈ গুলাপ অম লৌরগ কৎলি, মনম নমখি—রানী ফমখি।

নিংথৌ ঃ— কোনুংগি পাওরাউবদি ?

লাম্মী ১ ঃ— পাউরাওব কারক্রিবাও ?

পাউমী ঃ— ( খুরুম্মে নিংথম্ন )

নিংথৌ ঃ— লৈবাক্কি য়াইফপাউ অচুম্ব লাওথোকউ।

পাউমী ঃ— য়াইফরে কুমসি, চাকহোং ঙাহোংলে মৈত্রেবাক ! য়াইফরে নিংথৌ নিংবথৌ নিংথৌরেন। (চংখি ওইদ)

( off stage ) : চংখে চাকনিব অহুম !

B, D, E— বোরা শেগাযব অমোৎপ চাকনিব মান নিংথৌদ খুরুম্মগ লেপ্লি তুমিন্ন )

নিংথৌ ঃ— করি পাম্মি হূরানবশা ?

চাকনিব ঃ— কোনুংগী য়াইফ পাউজেল শক্তম লাক থোরকপনি ননাই অহুম।

মখুৎ তিংথোক ফিভম থী উৎ লেপ্ল গিক থিক নোকই অহুমদু চপ মান্নন। নিংথৌন মনাক্তে লাক শাওন য়েংলৈ, নক্ল অহুমদ খুপাক্ল থাগে তৌ, মখুৎত—মমাই অমোৎপদ য়েংবদ তল্লি। মদুদৈ থৌগল অমদৈ থাং চুঙ্গাই লৌই, লুহুপ অমদি ওভরকোট ন্বাই চিনব মথৈ থম্মগ।

চাকনীব'না অতোপ্পদৈ থাং চুঙ্গাই লৌরগ ভায়দুন লৈ। থৌগল অনীন ফমথরগ মখুৎন লেংহুম-না লৈ। মথোয়দ চাকনিব (১) (৩) না ইঙ্গিৎ তৌ খুবাক উৎ। রানীন মৈ তিকই মৈকুম।

নিংথৌন থাও হায়নবদ মায়থীগে তৌরম্বদৈ অমুক ফিভম ফগৎলক চাকনীব (২) বু হাৎকে তৌবিরকপদ চাকনীব (১) না ছুরী শৎ মকঙ্গদ থিনবদ—নিংথৌ "আঃ" লাও তুখি। রানী কপশিন্নে মমাই খুম—চাকনিব (১) না নিংথৌবু মান ইল্লকপ কাম্ব'নত্রগ বোরাগুম্বদুন কুপশিল্লি, অনীতুদ পুথোকখ্রো ইঙ্গিৎ তৌই। (ৰা মচা ৪ চান্দুম্বা পুথোকপা য়াই।) রানীন কপশিন্ন লৈ অম মথক্ত হাপখি। Background দ মী পুথোকপৈ ঈশৈ ঝাল পৃংগ কোন্ন শকই, চাকনিব (১) না নিংথৌগি over-coat অমদি অতৈ লিৎলি, রানীদ ইঙ্গিৎ তৌরগ লুহুপ উপহল্লি, রানীন কা নত্রগ য়ু গ্লাস লাল্লি। গাদীদ কাখৎ ফম্মিন্নৈ হরাওন লৈ নাচোম অম লাল্লি নিংথৌদ।

থৌগল অনী থাং চুঙ্গাই পায়খৎ হান্নগুম লেপ লৈখি।

নিংথৌ :— হৈ কনা লৈ, কোন্নুংগি পাউ লাওবা!

পাউ-মী :— (চেম্থোরক খুরুম্মে)

নিংথৌ :— নিংথৌ ফত্তবগি মহুৎ অফব অম শিল্লে. লৈবাক হরাওরো, অরৈ লৈত চপ মান্নন থকমিন চামিন্নব য়ারনি—মীয়াম হরাওরো লাওথোকউ।

পাউমী :— তাও তাও প্রজাপুম্ব। রাবনগুম্ব ফত্তব নিংথৌগি মগুক কেনখ্রে, অতোপ্প অফব অম চোংথৎলক্রে।

ওরাং লায়ররম্ব ইনাক খুল্লম্ব ওসিদি চপ মান্নন য়েমজুন শেংমিন চামিন্নরনি, মী পূন্নমক চপ মান্নন মুংঙাইমিন্নরনি। হরাওরো প্রজাশা। (চংথিবগ) নিপা মুপা কেন-শেং ইন লৈম জগোই শাজুন থোরকই! নিংথৌ রানীদ খুরুম্মে। নিংথৌ রানীসু জগোই শাব য়াওই।

( জগোই শাব হেক লোইবগ—মুক্ৰা কোম্নরগ নিপা ২ লংন লংন থোরক চংথি হুম্ন হুম্ন ... ... )

( মতা চাব কুম্মে অতৈঃ য়াংন বাঁশী পেনা, খোংজোম পর্ব্ব ইশৈ 'কাৱালী' শরুব য়াই কুইহন্দন )

## Act I/B

Background গি লাওই : পাঙল (C.) মীতৈ (D.) হাও (E.)

ললোনব মহাজন ( Capitalist ) অহুম সনাখাও, লুপা-খাও, লৈশাবী পুজুন শ্রীযুৎ ইবুংঙো চাকনীবশিংগি নিংথৌ খুরুম্ব চংখ্রে! অহুমজুন খুরুম্মি, লৈশাসু খুরুম্মি।

নিংথৌ :— করি পাম্মি ললোনব শেঙ্গাও পায়বশা?

Capital[1] :— শ্রীযুৎন লেংশিল্লিব গাদীদু (সিংহাসন্দু) য়োম্থোক-পিনি তাজ, লৈজব সনা খাও লুপা খাও অহুমগ রাজলক্ষ্মী কৌবী কুমারী সিগ মমল ওইন কচ্চগে লাকচবনি।

লৈশাবীদু মখদাং পায় য়েংই, সনাখাও লুপাখাও অহুমদু য়েংই, নিপা অহুমদ অমুক য়েংই।

নিংথৌ ঃ— কুমারী রাজলক্ষ্মী ( কুমারী নন্ত্রগ চীংমী ফিজেৎ ) কৌবীসিদি কোন্নুংগি পোৎনি, কোন্নুংদ থনম্মো, ঐঙোন্দ কৎলো। নখোয় অহুম চংচখো খাও-শিংদু পু।

Capital[1] :— যাজনীংদে ননাই ঐখোয, রাজগাদ্দীগ ওন্নব নন্ত্রবদি।

নিংথৌ ঃ— য়ানীংদব নখোয় অহুম চংলো, মসিদি ঐন লৌহৌবনি। নঙ, রানী ওইনীংদ্রা ( চুপকে নন্ত্রগ কোনগে তৌবদ ) লক্ষ্মীন ছুরীন থিল্লি Cap[1] না ওক্লগ লৈবাক্ত তুহল্লি।

Cap[1] :— কনা কনা লৈ? সংস্কার তৌক ( ফি অমন কুপই, Cap[2], Cap[3] না থাং পুই, বানীন কপশিন্নে, লৈ মনা অম থাদে, নিপা অমন চান্দুবা 8,থাখন অম পুবকই।

Cap[1] :— সনাখাও, লুপাখাওশিংদু থমজিন অমমম পুখ্রা অমদুন থনম্মু। রাজলক্ষ্মীন অম থমজিল্লি। ( মহাজন অম সনা ফুরিৎচোনব লিৎলি, মহারানী ফম্ফমদ অদুম )।

রানী[১] ঃ— শ্রীযুৎ, ইবুংঙো ঐদি পার্মেনেণ্ট মহারানীনি।

লক্ষ্মী ঃ - মদু থাইনৈ লোঞ্চৎনি, কুমথরকউ ঐন ফম্ভম থোকই, ঐগী হুমাংমন্নি। ·( চিংথৈ, থৎনৈ, নন্নে··· মহাজন নিংথৌন থাম্মে )।

মহাজন ঃ— অসুম্ম খৎনদৌ শরুক, লাইব্রায়েন তৌগে, মুম্ম তাও। ঈশিংদ ঈরুপ্প কুইব তাম্নৌ। অথোইবন— কুইন লুপ্প ঙম্বন মহারানী, অপোবন অপাম্বী রানী। যারেকো—শেম শারো ?

( মফি মরোল লৌথোকপগি মতৌ তম্মি )। খা।

( ফন চোংথ—ঈরোইতুন চৎনৈ অনী, ঙহাক লোংদাও তাওবদে শোযতুন লক্ষ্মী ফাওগৎলি ফাক ফাক েক নিংথৌন চোংথ মহারানী চিংখৎলুই। ফিরোল হোংদোক মচুম তৈথোক মিংশেল যেংনৈ। মহারানীন নিংথৌগি লুহুব উপ্পি -ফম্মিন্নৈ যেৎত অম ওইদ অম।

---

## Act I/C

পাঙল নিংথৌ ($C_1$) ঃ— হৈ, কনা লৈ নোংথক পাউমী ?

পাউমী (J) ঃ— করি স্নাযাথং ?

$C_1$ :— কোনুংগী পাউজেল লাওথোকউ ঃ রাবন নিংথৌ মঙক কেনখ্রে, অফব মঙক অম চোংখৎলে হায়ু ; প্রজাপূম্বন নীংব থুংনব ইলেক্সন তৌরনি খা অনীগি মতুংদ। ইলেক্সন মমাংদ মন্ত্রী অনী হাপ্প তাই, খা অনীগি। মতিক চাব ওইনীংব য়াওরগদি কোনুংদ কারকপ হানব তাম্মরকউ হায়য়ু।

পাউমী (J) ঃ— তাও তাও কোন্নুং পাউনি মৈত্রেবাক মচাশা ! ওসি রাবন নিংথৌগি মঙক ফত্তবদু কেনখ্রে, অফব কোক অম মহুৎত চোংথৎ নিংথৌ ওইখ্রে। হরাও-বিরো প্রজাপূম্বা ; থা অনীগী মনুংদ ইলেক্সন তৌরনি। ইলেক্সন মমাং থা অনীসিদ লৈবাক কোকথোং নাবিনব মন্ত্রী অনী হাপকনি। মতিক চায় খনবিবশিংন কোন্নুং য়ৌব হানব তান্নবিরকউ। খ্বা ! (চংখি)

(চীংমী মহাজন অমদি মীতৈ মহাজন নাকল অনীদৈ চেনস্মিল্লকই চপ মান্ন—)

চীং $C^2$ :— ঐন হাল্লি !

তম$^2$ ঃ— ঐন হাল্লি।

নিংথৌ ঃ— কনান হাল্লি ? (রানী$^1$ দা)

রানী$^1$ ঃ— (কারন্দ থিল) মসিন হাল্লি।

নিংথৌ ঃ— নঙদি কনান হাল্লি ?

রানী ঃ— অমসিন হাল্লি ! (কারন্দ থিল)

(নিংথৌ অনীসু কারন্দ হেল্লি খুম্মে)

নিংথৌ ঃ— কনান হাল্লি হায়নব ঙমদ্রে, মন্ত্রীচো মন্ত্রীচা ওইদৌবসি। ঈশিংদ ঈরুপ্পনগেরা ? উতোন কাব হানব তানগেরা ?

চীং ঃ— উ কাব তান্নগে ঐজ্জা ?

তম ঃ— ঈশিংদ কুইন লুপ্প তান্নজগে ?

নিংথৌ :— য়ানদে, নখোয়নী। ( চেক্কেৎত ইরে মন্ত্রীচৌ, মন্ত্রীচা, ওৎলগ খলহল্লে )

চীং :— ( খল্লগ ) মন্ত্রীহন—( মখুৎ থাংগৎলি )

তম :— ( খল্লগ শেগাই হুন্দোকখি )।

নিংথৌ :— ( থৌগলদ ) তাংবন অনী মন্ত্রী অনীগি থরো।
( থারগ ফন্মি য়েৎ ওইদ )

নিংথৌ :— লৈবাকসি নুংঙাইহনগে হায়রবদি করি হায় পাযখৎনি ? ( মন্ত্রী' দ )

চীং :— মৈদিঙু নিংথৌ অশিংব, ননাইবু হায়জৌ হাযরবদি লৈবাক্কি লোয়শং পুরিব মকোক অহে অশিং, থৌবুরেল, অরাংপুরেল মথৌ ফারগ মরল মথুম য়ুম স্না পুকৈদ পৈবিরব, অদুগ মদু চপ মান্নন যেন্থোকপিব মীয়ামদ।

নিংথৌ :— মন্ত্রীচা নওগী অপাম্বদি ?

তম :— ননাইশিং অহে অপা শাব থৌবুরেল অরাংপুরেলশিংন চথরম্মিব প্রজা পুম্বগি ঈ থকপসি চথবিরব খর হেন্ন, প্রজা ময়াম্ন গোগো খোং লাওরনি। মতম অদুদ অঙম অথৌ শেঙ্গা থুমজাশিংবু কৈশুমশঙদ থম্মিরব, মরল পুম্ব মুন্নব অদুগ মীয়ামদ য়েন্থোকপ।

নিংথৌ :— ফরে, পোত্থাবিরো ব্রাবিররিনি লৈবাক্কি কোক ওইবিব নিংথৌ অমদি মন্ত্রীহন, মন্ত্রীনহা অদুম্ম চপ মান্নন য়ানরে।

লৈবাক্কে চপখিব লনথুম, লোম্ম, অরানব পাম্বৈন, অকনব-অশিংব শক্তি পায়রম্বশিংন মীচম প্রজাদৈ, মপু মপুদ হনবিখিনব কোন্নুং পুক্কৈদ পৈশিনব তারে, হূরানবশিংদৈ ফাগৎলগ।

( অতৈন খুবাক খুই )

মতুগ লোইনন, মরাল লৈরম্ব হূরানবশিংহু নুংথিল নুংদাং নায়দন ফুরিৎখাও চপলম্বশিংবু কৈশুমশঙদ থম্ব নত্ত্রগ লৈবাক্কি ৱাংমদ তাম্মোকখিব!

( ময়াম্ম খুবাক )

ৱারেহাই, লৈবাক্কি মমাশাবিশা! লুপা লাখ অমত্ত চংহন চাকলেন মচা অম লাংউ, মন্ত্রীহন মন্ত্রীনহা অনীগি মিংদা, ঐগিস্থ চখোম অমতং থোইয়ুহে। চাকলেন চারিঙৈ কুম্মৈ য়েংহন্সি, কৌখৎলু ফজ-নুংঙাই থৌ পুবশিং।

Guard[1] :— জগোই ইশৈ মীতৌতমশা! হরাও কুম্মৈ উৎলো—অহান অহানবন হাম্ম থৌগল!

( রানী অনীন য়ু হৈরগ য়েল্লি, Guard[2] কাবক কাবক উইরি, মীকপ থোকই )।

থবক মচা খুদিং নুংঙাইনব তৌব তায়—য়ু য়েনবদ রানী ২ মক নীংথৌদ হাম্ম চপ মাম্মন পীব—মন্ত্রীদন উশিংতন পীব—অহন্দ হাম্ম—খোংজোম পর্ব্বগ পেনা শকপগ য়ৌব হানব তানব—অনীমক মাম্মন শকপ হৌব—ধুলোক য়ৈ, পেনা খোং—শকপ—অমন

খোংজোম লান কন্ন-থেংনব, অম্নন কাও—কৈ ফাব অমদ থাম্মি য়াদ, অমদ থাম্মি য়াদ—অনী-মকপু তাম্হোক্লব গার্দ অনিদ য়াথং পী, পম্মগ অনি-মকপু মখোয় অনীন পম থাংদোকখি।

লাইরিক হায়ব থীব-চন্দন ঙৌরোক—অনী চংলকই-কৃত্তিবাসী রামায়নগি মতাং—লান মতেক নত্রগ সীতা হুখিবগি মতাং নত্রগ মেঘনাদ বধ কাব্যগি মতাং অম—থীব হায়ব উৎলি।

( খুরুম্মগ চংখি )

নিংথৌ ঃ— অতনবশিংগি নত্তব অথৌবগি কুমহে অতৈ লৈত্রব্রাও ? ( শাওরপ )

থাও নত্রগ তা পায়ব অনী হায়ন-খোঁশান—নিংথৌ মাংদ থেংনরৈ, ভাবোকপুম্ব নিংথৌ রানী মন্ত্রী—মশানোম, মঙক হায় মমীৎ থক নুংঙাইন য়েংনৈ। মথংদ—মৌলুবী ২+লাইরিক থীব হাযব।

নিংথৌ ঃ— ( গার্দ ২দা ) ঃ হৈ হকশেন্নবা ! নমীৎ শিংনব কোন্নুং পাউমী কৌখৎলু, মতমগি পাউ নোংথক্লে লাওখৎহল্লু।

গার্দ ২ ঃ— তারিব্রা নখোয়বো লোইশঙ পুবশা মতমগি তরং-পাউ লাওথাকলো তাকপিরি শাহজাদা ইনীংথৌ য়াকুপখাম্না।

পাউমী ঃ— তাও তাও ( তফৎ নত্রগ তবলা মরু ) লৈৰাক প্রজাপুম্ব মতমগি ৱাফম্নি, তাহৌদে উহৌদে হায়ব

য়ারেই। রাবনগি মঙক ফত্তব অম অমুক ককখ্রে, অনৌব অফব কোক অম শৌগৎলক্লে। লৈবাক মুংঙাইরনি হরাওনরে। চাকলেন থাংখ্রে মন্ত্রীশিংদ, হরাও কুমহৈ উৎনখ্রে মীচং কনব কাংবু মখৈন। খ্বাইদৈ মুংঙাইব পাউন ঃ প্রাজা অপঙবশিংদৈ অঙম্ব থৌবুরেলশিংন অরানব পাম্মৈন শেনজা থুমজা ঈহিং চুপ্পগুম চুপথৎখিবশিংদু হন্দোকহল্লনি মশা মশান য়ান নত্রগ ফাগৎকনি মুনগনি লৈমপুন, মরাল লৈব থৌবুরেলশিংবুন কৈশুমশঙদ নত্রগ লৈবাক্কি ৱাংমদ তাম্হোকপ, মুপী অঙাংবুন ফাহৌব। ( চংখি )

( রানী অনীন য়ু য়েল্লি, কা য়েল্লি গার্দ অনীন মতিন য়োৎ য়েংই )

তুমিন্ন নীংদান ফম—পোত্থায়-উইরুম উইরুম )

মৌলুবী অনী টুপি কোই চংলকই নাকল অমদ— অতোপ্প নাকন্দ লাইরিক থীব হাযব চন্দোল চরা- লুগুন ইম্মফি। ফমন্ধুন হোগে তৌই।

নিংথৌ ঃ— নখোয় ঙায়খো। মখোয়বু হালহনখো ?

লাইরিক ঃ— ননাই ঐখোযন য়ৌবক্পা হাঞ্জে।

নিংথৌ ঃ— হানবন্ধুন কোম্ন থীয়ো। ( শাওখি, মমায ওনশিন্নন চিন্তাদ ফম্মি )

মৌলুবী ২ মাম্নন শকই ঃ

"লৈদ নক্তে লৈম্নন চনব,
মীমু অদুম লৈম্নন মচল্লি।

মপুগি নোংঙ্গম কনান খঙনি,
নিংথৌ রানীসু মী ঙাক্তনি
লৈদ নত্তে লৈমন চনব
অঙম অথৌসু কেন্দব য়ারোই।
কালেন নোংজু নিংথম কসন্ত
মপু মাগি খুংশেম ঙাক্তনি।
লৈদ নত্তে লৈমন চনব,
লৈম নিংথৌসু হৈলে ঙাক্লি।

(আদাবর্জ আদাবর্জ)!

নিংথৌ ঃ— লৈম নিংথৌবু হৈগ লৈগ চাংদম্নবশারি। নচং অতুন পরপ পরপ লৈমন চলহনখ্রিবনি। হৈ নখোয়নী!

(খংতুন মমাই ওম্সিন থক থক নিক মখুং লোম্নৈ)

নখোয়নী করি শক্কনি? হৈ লৈরা, শাবি শানৌরা? নত্রগ আয়োন লক্কব ব্বারীরা?

লাইরিক হায়ব ঃ— সিতা সরমাই ব্বারী শাব মতেক অম, মাইকেল মধুসুদনগি কাব্যদগি হঙ্গংচগে ঐজ্ঞা।

নিংথৌ ঃ— সীতা সরমা ব্বায়ীশাব! হৌরো—

থীব (পীখোন) ঃ— হিতৈষিনী সীতার পরমা তুমি সখি, পূর্ব্ব কথা শুনিবারে যদি ইচ্ছা তব, কহি আমি শুন মন দিয়া!

হায়বা (পা) ঃ— সীতা ঐগী য়াইফহিরি কোনবী ইতানি নঙদি সরমা। মমাংথাগি ব্বারীতুবু তানীংবন খৌরাংলবদি নঙনা লীথরগে ঐ, তারোকো নবুক্লিং চংনা।

থীব ঃ— ছিনু মোরা স্থলোচনে ! গোদাবরী তীরে কোপোত-
কোপোতী যথা, উচ্চ-বৃক্ষ চূড়ে, বাঁধি নীড় থাকেগো
সুখে ।

হায়ব ঃ— লৈরম্মি ঐখোয় মীৎতা ফজবী ! গোদাবরী মপান্দা,
খুনু লাব অমোমগুম অৱাংব উপাল মতোন্দ, ইকোন
শাজ লৈরম্মি নুংঙাই য়াইফনা ।

থীব ঃ— ছিনু ঘোরবনে, নাম পঞ্চবতী, মর্ত্তে সুর-ৰন সম ।

হায়ব ঃ— লৈরম্মী অসূকপ বোন্দা, মমিংন পঞ্চবতি, মর্ত্তদদি
লাইগি বোনগ পান্দম্বা ।

থীব ঃ— সদা করিতেন সেবা লক্ষমন সুমতি । দণ্ডক ভান্দার
যাঁর ভাবি দেখ মান, কিসের অভাব তার ?

হায়ব ঃ— তৎতন সেবা তৌবি লক্ষমন পুকফবন্ন দণ্ডক পুক্কৈ
ওইরব মাগি, খন্দুন য়েংউ করি অৱাৎপ লৈগদগে ?

থীব ঃ— যোগাতেন আনি নিত্য, ফল মূল বীরসৌমিত্রি ;
মৃগয়া করিতেন কভু প্রভু ;
কিন্তু জীবনাশে সতত বিরত, সখি,
রাঘবেন্দ্র বলী দযার সাগর নাথ,
বিদিত জগতে !

হায়ব ঃ- থিরুরগ পুরকই নিতীগি, উহৈ মরু সুমিত্রাইমচা
অকনবন ; মৃগয়া লেংখি করিগুম্বদ প্রভুন ; অদুবু জীব
মাংহনবদি হৈনদে মতম পুম্বদ, রঘুশাগৈ ইন্দ্র অকনবদি,
থৌজান ঈপাক মপুনি, জগত্ত মিংচৎপ ।

থীব ঃ— ভুলিনু পূর্ব্বের সুখ ! রাজার নন্দিনী রঘু কুল বধু আমি, কিনতু এ কাননে, পাইনু সরমা সই, পরম পিরীতি ।

হায়ব ঃ— কাউখ্রেদো মমাংথাই নুংঙাইব ! নিংথৌগি মমোন্নি, রঘুশাগৈগিন মৌনি ঐ, অতুবু উমংচুদ থেংনখি, নিংথিবী চান্নবী ইতা অয়োব থরাইপেন ।

থীব ঃ— চারিদিকে কত যে ফুটিত
ফুলকুল নিত্য নিত্য, কহিব কেমনে ?
পঞ্চবতী বণচর মধু নিরবধি ।

হাযব ঃ— খাংপোক্কি মাইকৈ মরীদ শাংখিব লৈয়ামদো নুমিৎ খুদিংগি, কনান শিংথাব ঙমদগে, পঞ্চবতী কোন লৈবি বনন্তন লেংদন ।

থীব ঃ— জাগাতো প্রভাতে, মোরে কুহরি সুস্বরে পিকরাজ ? কোন রানী, কহ শশিমুখী । হেন চিত্ত বিনোদন বৈতালিক গীতে উঠে ?

হাযব ঃ— নোংঙানবদ কনান হোদোকপিনি ঐবু খোঞ্জেন মেংবা কোকিল নত্তনা ? করম্ব রানীবু, হাযমু থাজমানবী, অসুক পুক্নিংত্থব যাকাইরোন শৈজেক্ক মগীৎ পাংহনবগে ?

—×—

তাইবং ঃ— খোংজোম নান্দ য়াওজরুদে ননাই অশৈব ঐহাক্তি । পাউথাং তাজবদগি ইকোক্ত তুংহৌব পাউখরদং থৌগল তৌজগে ইনিংথৌ—অরাল অহুই খিবিক ঙাকপিয়ু ঙরাংকোকপ ঙখা মাগুম খারবস্থ, চীন্নাইদব য়েরুম মাগুম মরু য়াওদব ওইনম্ব ননাইনি খনবিয়ু । (পূং যৈ)

ক্ষেবু চীংগি চীংমায়ন, ককচেং মহুম্মু ওইদুন
লাম্মী মশীং থীঙমদবন ওম্নবগুম,
ব্রিটিশ লাম্মীন চেংগুম শৌথরে।
লাংঙথেন্দ থেনখরে লেং লেং চৎপ হম্বিংখোই
খোংবী লথান - বোম তোপ লোইনন
পেদ্রেক পেদ্রেক কাপ্প য়াব—
নোংমৈ তেন মতোন্দ সঙ্গীন্ন লংত্রিক লং
নুংশাদ নুংশেল হায়দুন মৈতৈ লাম্মী লাকপ্রা য়েং।
মনিপুর সনা কোন্নুংদন কমদৌরি ?
লানবু শাক্লে করম্নো ?
মলেশ লাম্মী নোংমৈথৌ
বোম তোপ নোংমৈচৌ
কোন্নন লাকপ লান অকনবনি
করম্নো করম্নো হা হা কার
লাওনখ্রে—সনা লৈবাক ময়োলদো।
চোংথোরক্লে মীতৈ অশৌব
মরৈবাক নুংশিব শারুবশিং
মাগি মাগি লৈজব খুংলাই পায়—
থাংশাং পায়ব, তা তেন শূব,
থাংজৌ থাঙ্গোল
নুংথং - উতুপ
অরৈব অফংব তাপ তাপ পায়
হুরানব হাৎক লান ফাগে

লৈরমসনু থঙ্গনি, মলেশ লান্মী সোইদৎক্কে,
শাইরোংন ক্বাক তানবগুম
নাওরীন হৈনৌ তম্বগুম
ক্ষেবু চীংদগি চিংথগে
মলেশ লান্মীশা চেনখিন্নু !
শ্রীগোবিন্দগি নির্মল্য
মনা মনাদ য়েপ্প-মখুৎতন
অফংব নূংতুম খঙদে থাংতেক খংদে পায়জ—
মীতৈ অথোবশিংন-সঞ্জেঙ্গোংদ লৈরিব
ন্নুপী অঙাং অহল প্রজাবৃন্দদ বিদায় তৌরম্মগ
মঙক মঙক্ত কোম্মীরৈ পরেং শি—
কৱাজ ফলিন্দ লেং, বাজাই বেঙ্গুলগি তাম্বাদ
খোংজোম তম্না শানখরে।

পূংন ঃ— March Pass মাম্ন য়ৈরগ লোইশিনখি।
( নিংথৌন ফি অনি থাখি )
( রানীন ক্বা মতপ অম লানখি )

হোৱো ইঙ্গিৎ পি নিংথৌন—পেনা শকপ উঝান পেনা লেনব হৌই ঃ—

ইনিংথৌ ইঙো, ননাই পাংদবদি পেনা শকপ উঝাবু নচ্চদে, মনা পামজ থোগল তৌজনীং কাজরকপনি।
বসকি ভারা য়াম্বন মোইরাং য়ৌন চৎচরুদ্রি,
ৱাংথৈ লান্ন শৈদমজদে, খুরাই লাম্নবু ৱারী তাজরুদে—
খ্বাইপানাগি লৈপুং ফম্বদ অহল লমন্দে তাজব—খম্ব

নোংবান কাও ফাবৈ মতাংদু মচেৎ অমত্তং খঞ্জগে ঃ—
লাল্লব কান্দ ঙাকপিম্নু শোইরব কান্দ শাওবিন্নু, ঙরাংদ কোকপ ঙখানি, য়েরুম মাগুম চীন্নাইদে।

খোইরেন্তাক্কি লময়াইদ জিরিবামগি রাফক্ক কোড় অচৌব অম খারগ খৈদেন কাও মাল্লব নোইবব কাওজাউ মশোঙন কৌক্রু চীংমুক রাংলবদু থাজিনখে। মচু কয়াগি ফিজেৎন লৈতেংলব মীয়ম্ন কোয়ন শগাইদ তোং কুম্মে য়েংনব ফমখরে খুমন নিংথৌ লৈম কয়াগ লোইনন কা চপ চপ শায় ফমখে- মোইরাং নিংথৌস্থ অতুমঙাই কুম্মে য়েংনিংবন হাথু হাথু লৈমশিজ কয়া খোম পাখঙ লৈশাবী মৌ পাখঙ শরি কয়াস্থ কাওফাব য়েংনব শগাই তোংনখে। মজাইবেম্ম খোইবী সেন্নুস্থ তন্দে মান্দে নিংদোন তিং তিং চোং—শগাইকায়।

মোইরাং নোংবাম্ম মরাং মরাংব ফিজেৎত কেজরবনি খোরকপদু উবদ মজাইবেম্ম খোইবীন তীঙ্খাকুম তুক্কজে ; খুমন নহা খম্ব নোংযাইন কুচুদি মুদ্রেং রাশিন ছরিক হৈনৌগুম মশা পূম্বদ য়াম্থ—খুদৈ মচুদি তাব অম কৌন শেৎ কিশি কি, উরৈরোম শংব খুদৈ অমন ফুরিৎ শা খাওন ওন—কোড় মন্নুংদ থাজিনখে, পাথৌ অনীদো।

( খম্ব নোংবান খৎনব )

# I/C Contd.

অফিসার অহুম বেগ অচৌব অমমম শেল সনা
হাপ্লগ তন্দে মান্দে লাকমিন্নৈ
স্টেজ লাম্ব্বোক কৎলগ খুরুম্মি অহুম্মক।

**Announcer :**— স্না লৈবাক্কী খ্বাইদৈ ৱাংব আফিসকি তাংবন ফম অহুম চংবিশ্রে।

নিংথৌ ঃ—করি করি থৌবুনো?

এ :—(i) **Civil, Military, Supplier**

**(ii) Agri, Industries, Commerce—Officer**

**(iii) Engineer—P.W.D., Elecricity, Water Supply.**

নিংথৌ :—মীত্রংগী খাওজাওশিংহুদি কৈ মচা, লাইরেন মচা, নোংমৈ হিদাক য়াওব্রাও?

এ ;—মীৎযেং তাবির খঙনি সনা লুপা, মণিমুক্তা খাও ঙাক্কনি,—ইবেমসিং হোঙ্গিনবিয়ু—ঐখোযগি ফম্ভম তাংবন—থদৎপিন্নু। রাণী অনী কিবন থেংলে চংবদ নিংথৌন খাম্মি। ঙাইখো!

নিংথৌ ঃ—ঙায়খো, বোম য়াওরম্ব যাই। কদায়দৈনো সনা লুপা মণিমুক্তা অম্বুক য়াম্ব বোবা খাওদা।

লৈবাক মাংহঙ্গগে হায়বগি য়াৎং লৈব লাকইব্রা?
ঠিকাদ লৈবাক মীয়াম্বু থোইদিং হঙ্গাম মরু শুম্বগুম থাও শুমগে হায়গুম ঠিকাই টেন্দর থারব্রা?

(৩) ঃ—লৈবাক্কি থৌবুরেল ঐখোয়বু থাজবিদবৈ ৱাখল্লাও—
ইনিংথৌ ?

নিং ঃ—করম্না থাজনি—নখোয়গী থবক্তু উম্নরবদ মীয়াম্ন ?
নখোয় খরদং মুংঙইনব—মীয়াম্বু থোইদিং মরু
হঙ্গাম মরু ওলহনবা ?

(৩) ঃ—মসিদি থাজবিব্রা য়েংবিয়ু।

( পিস্টোল উৎলি )

নিং ঃ—মতুস্থ থাজদে, অঙাংগি শাম্নপোৎ ওইরম্নি।
( ফেৎ কাপ্পদা নিংথৌ পাল্লি তপ্ন শিখি লৈবাক্ত তু
—রাণী অনীন খংই লাওই কপ্লি )

রাণী ২ ঃ—লৈবাক মচাশা—নিংথৌদ নোংমৈ কাপ্লে—?
আঃ আঃ—

(৩) ঃ—তুমিন লৈয়ু, নফম তানিংদ্রবদি ?
( Guard শিংদ ) লেংম্মু—নফম চাউনীংলবদি তুমিন
লৈয়ু।
(ইঙ্গিৎ তৌন—অফিসার (১) & (২) না মথক্ত
ফিকুপ থাংজুনা পুথোকখি।) ( রাণী ২ কপশিম্নে )

(৩) ঃ—নখোয়নী সতী ওইনীংব্রা ? নিংথৌগি হকচাংদু মৈদ
কৎ থাদোকপদ য়াওখ্রগেরা ? নত্ত্রগ হাম্নগি নফম
নফমদু কায়দন লৈহৌ—মুংঙাইন পাম্নখিগেরা ?
অপাম্ব খল্লু।

মহারা ঃ- সতী শাজরোই—হাম্নগুম পাঞ্জখিগে।
নীংব থুংফাৎহোদে।

রাণী ঃ—ঐ-সু ঙন্তা শিজনিংদে সতী শাজনিংদে হিংলিডৈ নুংঙাইজখিগে—শিন্নগদি লংজা লমহুইদ ইশাহু পীজ থোকপিখো ?

(৩) :—থবক ফব নিংথৌ হকশেন্নবা ২ ! নখোয়নীন করিগীনো খুংলাই পাম্বরগা নিংথৌ কনগোদি হায়দনা নূংনে শাবগুা তুমিন তুমিন লেপ লৈরম্বদি ?

(১) ঃ -ঐগ্যা—ননাই ঐ শিদোশরুক নিংথৌন শিখিবন ফৈ ! ঐগি ফম শোইদ্রগ লোইরে।

(৩) ঃ—নঙ থবক ফৈ, হয়েংদৈ জমাদার কাজরো। ( সলাম তৌই ) নঙদি করিগী নিংথৌ কনগে হায়দে নথৌ তৌদবগি দণ্ড কার পাম্মি, Court Martial তৌরোইদোবগী মরম পীয়ু।

(৩) :—ননাই ঐন পায়জরিব খুংলাইসি নিংথৌ ফত্তবহু কম্নব নত্তে, ইফম চাউনব—নিংথৌদ কাপকে তাঙ্গা ঙায়-জরকইব কুইরে, মী অতোপ্পন নিংথৌদ কাপ্পহু ঐগী ইথৌ মীন পাংবিশ্বিবনে।

(৩) ঃ—নঙ ঙসিদৈ সুবিদার ওইজরো। ( সলাম তৌই ) কোন্নুংগি পাউরাউবহু কৌরম্মু লৈবাক্কি অখণ্ড অহৈ মন্ত্রী ওইবদ মতিক চারবশিং কৌখৎলম্মু—নখোয়নী পোণ্থাজরুরো—মতমগি ঈরাং খণ্ডব অথৌব শা।

( সলাম তৌরম হরাওন চংখি )

রাণী ঃ- মখোয়নীসিবু মথৌ তৌদবগি মফম কাহল্লিব্রা ?

(৩) ঃ–ঙসিদি হরাওজাখসনু ?

মহারানী ঃ—নোংয়াই মতুংদদি ইনিংথো ?

(৩) ঃ—মপুন্সি খমহনগনি।
হুজিক ঐনা নিংথৌ, নথোয়নিন নীংথোবী !
করি করি পাম্মি ?

মহারানী ঃ—লৈবাক মীয়াম্বু হরাওহনবিয়ু, জগোই ঈশৈ লীলা ;
মীয়াম্মাংদ ইপু ইনাইস্তু খুৎশম্নদুন লৈমি লেম্ন জগোই
শাব ঈশৈ শকপ ম্নাওব !

(৩) ঃ—নংন অপাম্বদি রানী ?

রানী ঃ—লৈবাক মীয়াম্বু হরাও কুমহৈ তৌহল্লম্ব য়ুমদ, ইপু
ইনাইন সহর অচৌব কয়াদ পাইদুন চৎলগ 5 Star
Hotel দা অহাও অথুম চা নুংঙাইন লৈরুবা।

এনাউন্সর ঃ (থোরক্ল—নিংথৌদ—খুরুম্মে।)

নিংথৌ ঃ—লৈবাক মীয়ামদ লাওথোকদবদি

(১) নিংথৌ ফত্তব শিল্লে, অফবন ওইরে। হয়েংদৈ
কুম্মৈ চয়োল অমা

(২) মহারানী অমসুং রানী মফম শিল্লোই

(৩) ইলেক্সন তৌরনি, মন্ত্রী ওইনিংব মতিক চাব—
নিপা নুপী কোনুংদা কারকউ বা তাম্মসি হায়য়ু।
অমোৎপা য়াদে।

ঐ ঙহাক্ত পোত্থাগে, লাপ্ন লৈগনু।

( ফমুংদ তুমখি )

অনী চং ফিরোল ফমুং শেমখি অদুগ চৎখি ।

এনাউন্সর ঃ—ফত্তব রাবন মকোক কেনখ্রে অনৌব অফব অমা মতমগি বসন্তদা চোংখৎলে, মহারানী, রানী অদুম লৈখিনি লেংদন, মবুক শেংবগি ; ইলেক্সন তৌরনি থা ৩ মতুংদা, কাব ওমদোব মী হান্ন রা তান্নসি, পান্থে থীসি কারকউ ।

( মম্বনা, অহিং ওইরে, নিংথৌ তুম্মি )

রানী ২ ঃ—Skeleton dresses তা জগোই শায় নিংথৌ হৌদোকই—জগোই শাসি হায়রে ।

মমংদা নিংথৌন লাওই, কনা কনানো নখোয়বো ?

( নুপী অনি চেনখি ),

নিংথৌ ঃ—কনা কনা লৈ ?

ভূত ২ লাক্লম্বগুম—শরু পোলাং, লেপলৈ থাংপায়, নশক য়েংনিংদে—চৎলো নখোয়বু নত্তে ?

( লাওই, কিবন থক থক - নিকই )

( অনীদু চৎখি )

ঐবু ওসি মঙাকনরিব্রা ? ইথন্দ ওায়রে

(মথোন নেম্ন কৌব ওমদনা )

অমুক্ত য়াক্তনগে ঐবো ।

—মহারানী ! রানী !

নখোয়বু ঐন কৌরিবসি তাদ্রবাও ? ঐ কিরে ইনাক্ত লাও-ও । ঐবু অমুক্ত হৌদোক্লো ।

( রানী অনি খোরক লাকই। )

রানী ২—ঐখোয়বু কৌবিব্রা ?

নিংথৌ ঃ—ঐবু হৌদোকউ মীকপ থোক্লব ?

অনীতুন ফমুংদৈ চিংথোক থাবল চোংব মতৌ তৌমিন্নৈ band party না তান থারগ। নিংথৌ কিন য়েংন কাবক কাবক চোংই !

নিংথৌ ঃ -ঙাইখো নখোয়নী ভুত নত্তেকো ? কনা কনাদি ভুত প্রেত লৈব উই থিয়ু।

২—কনাসু করিসু লৈব উদে।

নিংথৌ ঃ—নখোয়নীদি ভূত নত্তেকো ?

২—ঐখোয়দি ভুত নত্তে রানী ঙাক্লনি

নিংথৌ ঃ -অদুদি হুজিক তুম্বদা উখিবশিংদু কদায় কদায় চৎখ্রে ?

মহারাণী ২ ঃ—মঙদ উব ওইরিনি

রানী ঃ—মঙাক্লগে তৌব তারে।

মহারা ঃ—মাইব মাইবী মাইচৌ কৌখৎলগ পৌ·রাং তৌহনব তারে।

লাইমু তীনমু—, সরোই ঙারোই তাম্লোক্লব।

নিংথৌ ঃ—ফৈ, মদুসু তৌরগ ফত্রা য়েংসি।

মহারানী ঃ—ঐ কৌখৎহল্লগে। রানী নঙ নিংথিন শেম্নরম্মু। নঙ কৌরুগেরা ঐবু শেম্নহৌরা ? মাইব মাইবী লোইশঙদ হেক্ক হায়রু।

রানী ঃ— ঐ মুন্ন খঙদে। ইচেমশি কৌবিরু।

মহারা ঃ— হৈ, মাইবী লোইশঙদ মী কনা কনা লৈ ? হুর্জিকমক থৌ অম তোদব য়াদে হৈ। ( চৎখি )

নিংথৌন হৌগৎলগ চৎ মমীৎ মনা ইথক থক কোইন মাইকৈ কয়াদ কিন য়েংই। রানীন শেম্মৈ।

রানী ঃ—কনাম্বু করিম্বু লৈতে, চিংনবিন্নু ইনিংথৌ। কোনুং অকোইব অথৌব লান্মীশিংন ঙাকই। য়েন্নবন চংলকপগি মতিক লৈতে। ফমুংদ নিংথিন পোখাবিয়ু। ( চিংশিন্দুন ফমহল্লি। ) কিন ফম্মি মখোঙ থাঙ্গৎ নিংগাংন- মতুংলোমদ অমুক ওম্থোক ফম্মি। রানীন মনঙ্গন্দ কিৎ কিৎ নম্বি।

মাইব অম, মাইবী অম,—মহারানী থৌ তৌনব পোৎ-চৈ য়াংকোক পুজুন লাকপদা নিংথৌন খংজুন লাওই।

নিংথৌ ঃ— কনা কনানো নখোয় ?

( মাইব মাইবী খুরুম্মি )

মহারাণী ঃ— থৌরাং ইরাৎ চবান তৌহনগে হায়জুন কৌজরকপ মাইব মাইবী।

নিংথৌ ঃ— ঐ ঙহাক্ত পোশ্বাগে নখোয় অদুম তৌহৌব য়ানিকো।

মাইব ঃ—চেপ্লিয়ু ইনিংথৌ, ননাই ঐখোয় হোৎনজগে। ( মাইবনা পেনা লেন ঈশৈ নেমন শক শুম্মি )

নিংথৌ তুমখ্রে, রাণীন ফি কুপশিন-শেম্নরগ মহারাণীন তান্ন তান্নজুন থৌ তৌরি লফোই লফাং-চেং- ফি-ধুপ খোইরু থাংমৈ থান-হৈরুক তাঙ্গ-পান তাঙ্গ

-লাংদ্রে মতোন, তাইরেন মনা, মতৈ মনাও চং, মুরুম মুরুম শোন খুরুম্মিঙৈ-ভূত অীন মতুংদৈ চংলক-পোৎচৈ লৌদুন চাখি—মখোয়বু চৎলো তাল্লি। অনীদু পোৎচৈ অপাম্ব হূরগ য়েপ চেনখি।

নিংথৌ মথন্দ নাখোক তূম্মি, অতৈ কনাম্ব লৈত্রে, মহারাণীন য়েংলম্মগ তূম্ব চংখ্রে হকাম চন।

(মমঙদ নিংথৌ লাওই।)

কনা কনানো নখোয়বো ?

কৈদৌব লাকপনো ?

কদায় কদায়দ চৎখ্রে ঐবু শেন্নরম্বশিংদো ?

ঐবু ইথন্দ পনম্ব করিগিনো ?

ভূত মরীন কূ মরেংবান্দ থোং পুরকই-থারে— নিংথৌ কিদুন ফমুংদ ফিরুক খুম লোৎলি, নক্রগ করিগুম্ব উপুই মরূমদ মরীদুন খুং হুমদুন থিরগ ফারে কূদ চংউ হাযদুন ঈঙ্গিৎ তৌই, নিংথৌ য়ানিংদে, "লাওই" পিষ্টোলন কাপই, কিবন নিকই-কূ পূরগ চৎখি। রাণী অনী চেল্লকই কৈদৌরগে ঙক্কুন।

নিং ঃ—মাইব মাইবী চিন্থিব চিন্থীবী হুরানব হুরানবীশিং কদায় চৎখ্রে ?

মহা ঃ—ময়ুমদ চৎলম তারে।

নিং ঃ—ফুহল্লু-মনঙ্গন্দ লিচৈন ২০/২০ চহি ৫০ ফাদোক পিয়ু।

নিং ঃ- কোন্নুংদ-লৈরগুমসি-ভূত মকোম্নি—, মীচমগি য়ুমদ ব্বায়রগ লৈব তারে।

( চৎখি পোৎ য়োমদুনা )
( লাওথোকই )

## ACT II

### শক ওম্থোক লৈ একজিক্যুটিভ ইঞ্জিনিয়ার শা

সরকারগি পোষাক শেৎপ পুলিশ অনীনা মাইব & মাইবী ফারগ পুন্দুন পুরকই। সালাম তৌবদ অতৈন খুরুম্মি

নিংথৌ ঃ—হৈ, সালাম তৌগনু ঐহাক ইঞ্জিনিয়ার শারগ লৈরিবনি মীঙোন্দ তাকথোক্কনু। মাইব-মাইবী! নখোয়বু থাজদুন ভূত প্রেত চংদনব থৌ তৌবিয়ু হায়রগ চেনখিব করিগিনো পোৎ চৈ হুরাল্লগা ?

মাইব ঃ—ননাই ঐখোয়বু তাম্থোকই ভূত ২ থোরক, মখোযন ফনব থৌ তৌবিহৌরগে ঐখোয় ইহুৎত, পোম্থাজরুরো তাকপি। থৱাই হিংনব-চেনবনি ঐগ্যা। ঙাকপিয়ু।

নিংথৌ ঃ—নখোয় দক্ষিনা-থৌদৌমল ফংদ্রাও ?

মাইবী ঃ—ভূত অনীদুন দক্ষিনা ওইন কোন্নুংদ লৈব মমল য়াম্ব পোৎ লুমদব মথৈ পুজখো হায়দুন অফংব খর তফিং তফিং পুজৈ।

নিংথৌ ঃ—ভূতনা পুরকপ্রা মমল য়াম্ব পোৎশিংদো কোন্নুংগি পোৎ নত্রাও ? হুরাল্লিবনি হায়রোইদ্রাও ?

মাইবী :—পুখো অৱামল মাংফদে তাকপি, পুদ্রবদি হাৎকে তৌই ঐগ্যা। থৱাই হিংনব ননাই ঐখোয় খর পুজৈ।

নিংথৌ ঃ—অদুদি নখোয় নরাল লৈতেনা নথৱাই শিদনব তৌরুব
থৱক ঙাক্কি।

মাইব+বী ঃ—ঐগ্যা, ননাই ঐখোয়স্থ অদুম হায়ন খঞ্জে।

নিং ঃ— হৈ মীফা মীপুনবশা! করিগিনো নখোয়নীন মরাল
লৈতব মাইব মাইবী মথৱাই হিংনব থৱক ঙাক
তৌবশিংবু ফা-পুন পূরকইদে ?

মীফা+মীপু ঃ-ননাই ঐখোয় থৱাই হিংনব রাণীগি য়াথং ঙাক
হুরানব হুরানবী, মতাৎ মরো তৌব তৌবী অনীসিবু
ফাজরকপনি। কোন্নুংগি ওইজ ওইথক মাংদন্ব,
অকি অখং কোক্লব।

নিং ঃ— অদুদি চৎলু পুরো নিংথৌ' ঐবু নমথাক লৌনম তৌবগি
ঐগি ইরল ইথুম মাংহনবগি অকি অখং ফংহনবগি-
কাংজৈবুংদ পুখোক মীয়াম্মাংদ লীচৈন ৩০/৩০ রক
নিংজোন্দ কল্লু, অদুগ কৈশুমশঙদ চহি অমমম
পোণ্থাহল্লু অহাওব পীজন্নুন।

(ফুদুন পুখি)

হৈ-সুৱাইদদি ফুখিন্নু।

(মহারাণীন চা পুথোরক থকমিন্নৈ)

(রানী চংলকই)

রানী ঃ— পাখঙ অনীখক ঙাজাউ অম পুরগ লাকই, একজিক্যুটিপ
ইঞ্জিনিয়ারগ উম্মনীংই হায়রি।

নিং ঃ— ঙা পুরক্কনু হায়য়ু মশা চংহল্লকউ।

(রাণী থোকখ্রগ পাখঙ অনী চংলকই—)

পাখণ্ড ২ ঃ—Good Morning SIR.

নিংথৌ ঃ—করি থবক্কিনো ?

পা ১ ঃ—সার, ময়ুম লৈজদবশিংগি লৈজনব চেক্কি বাঙ্গলা ৫০০ শাবিনি তায়; মতুই ঠিকাদু ইমানীদ পীবিয়ু।

নিংথৌ ঃ—ঙসি ১০ নিমুক লৈরগ আফিস্টা লাকউ।

পা ২ ঃ—ঠিকাদু কোন্ন পীবিগে হায়রবস্থু চেক চন্নব সিমেণ্ট বেগ ৫০০ দং হান্ন পীবিয়ু হুজিক হুজিক দরকার লৈজরে।

নিং ঃ—য়ুম শাগৎত্রিঙৈ, সিমেণ্ট বেগন হান্ন দরকার ওই হায়বদি করিগি ?

পা ২ ঃ—ঠিকা ফংলে হায়বদু থবক শূব মী অমদি শেল পুথোক-পিদৌব মহাজন্ন থাজনব।

নিং ঃ—হোরেল আফিস্ট লাকউ।

পা ২ ঃ—Thank you.

পা ১ ঃ—( চৎখিবদ ) ঙসিদি ঐখোয় ইঞ্জিনিয়ারসি মবুক ফন উখ্রেদা

পা ২ ঃ—শাওস্থু শাওগন্দে। ( চৎখি )

নিং ঃ—নখোয়ন পুরকই হায়ব ঙাজাউদু পুজখো।

পা ১ ঃ—কদায়দৈ, ৱান ফাজরকপ ঙা নাস্থবি হায়বদুনি বোরাক্তে।

পা ২ ঃ—হাবিদব য়াদে।

নিং ঃ—ঙসিদি লৈবাক শেম্বে মিটিং লৈ। মন্ত্রী ওইনীংবশিংদুবু ঐহাক ইঞ্জিনিয়ার ই ই ওন শিদ লৈ হায়ব খণ্ডলরিদ্রা ? ফোংন শন্দোক্লীংব ৱাদনি মীন খঙবিদব, অরোনব ৱা মী খঙহন্নীংদব জাৎতি প্রজা খুদিংমক তাদব য়াওরবোই।

রাণী (লাক) ঃ—মন্ত্রী ওইনীংব নিপা অহুম লাকই ঐগ্যা, চংহল্লকপ য়াগদ্রা ?

নিং ঃ—খুংলাই থাঙ তেন পোক লাওবি মশাদ য়াওব্রা য়েংলগ য়াওদ্রেবদি থাজিল্লকউ।

( রাণী থোকখ্রগ অফিসার অনী লাকই। নমস্তে তৌনৈ নিংথৌ শাবগ। )

আফি ১ ঃ—ইঞ্জিনিয়ার শা যুগ থৈবিরিবসি কয়া কুইনা ?

নিং ঃ—ইলেক্সন থা ৩ লৈরগ, ময়ামগি ভোটন নিংথৌ হাপহন্দ্রবদি, ভূত প্রেতন করিনো কোন্নুংদ লৈব ঙমদে।

আফি ২ ঃ—ভোট থাদনবদ ভূত প্রেত য়াওরদৌরিসি থিংব রানীদ ?

নিং ঃ— মন্ত্রী হাম্ন ৫০/৬০ দং হাপ্প ঙমহৌরদি ভূত প্রেতন ভোট থাদব লাকপদু ফুরিৎখাওদা থাদরো য়ানি।

আফি ঃ— মন্ত্রী ওইনীংববু মী কয়াম ফংবিরবগে অম অনীদং থেৎচিনখিব য়াখিদ্রা ?

নিং ঃ— অমত্ত ওইবিয়্যুবু য়াদ্রিনে হুজিক ফাওবদি তুম্ব হিপ্প চাব থকপ নুংঙাইতে ৰাই চিল্লি তল্লি ঙাক্ত হায়নৈ, করম্নো খঙদে।

আফি :— চুম্মি নুংঙাইব থবক্তি মত্তে, ৰাই চিনখ্রপোৎনি হয়িংখোয় মকোন্দ তুম্বগুম মীয়াম ওন্মরগ লৈবাক্তি থবক তৌবসিদি তম্নি।

নিং :— মন্ত্রী য়াম্ন য়াওবিদ্রবদি নিংথৌ ওইনিংদৌব মী লৈতে। ইলেক্সন মমাংদ হাম্ন মন্ত্রী ১০ দং ওইরবম্ন মফম

য়াৎতুন থমদব য়াদে। কদাইদৈনো অপঙব তরাদ ওইরবস্থ ?

আফি ১ :—লৈবাক কায়দোরিরবনিন ৱারবস্থ ৱান অপঙব তারবস্থ তান-ঐখোয় অনী অম ওইশিল্লসিনে ?

আফি ২ :—তনব য়াদে ইকাইব য়াদে, ওইব তাবনি মন্ত্রী ; লৈবাক্কি য়েংব তাব, ইশাগি ৱাইশংব নুংঙাইব থাদোকপ ( স্বার্থ ত্যাগ। )

আফি ১ :– অদোম্ব বড় মন্ত্রী ওইবিরোনে ?

২ :—মহুদি হায়বিনু ইচা-ইনাও য়াম্মি, ঐ ছোট মন্ত্রী ওইজগে।

নিং :— Thank you very much ( খুৎ চিংনৈ ) অহুদি লেং-লসি ইলেক্সনগি নিয়ম খর মতৌ মান্নব শেম্মুসি অহুগ প্রজাশিংদ তাকউসি মখোয় কান্নজনব কনা কনাদ ভোট থাদদগে হায়বহু।

আফি ১ :—ঐখোয়ন তাকপ মীশক্ত ঙাক ভোট থাদব তায় প্রজান, নত্রগদি হয়েং প্রজাশিংহু মনীংথুংদবৈ ৱাকৎ-লকপ তারোই।

( চৎমিন্নখি )

মাইখুম হাপ্প পাখঙ রাণীগি মতুং ইম্ব চংলকই মখুৎন পিস্টোল শা, অতোপ্প নাকন্দ মহারাণীবু মতৌ অহুম্ব পুশিল্লকই। ইমুংদৈ মাইখুম অমন স্লুইট কেশ মচা অম পুথোরক শেল সনা মশীং থীরম্মি। উপু খুমজিন চেজেৎ অমদ রসিদ ইহুন পিরমই।

৩ নং ঃ—নয়ুমশি শংগে হায়দন কদায় কদায়দ কোইরুরিবনো ?

ইঞ্জিনিয়ার সাহেব

মহা ঃ—মিটিং চংখি কোর্টর্টা।

৩ নং ঃ—নখেনগি শেলসি লিশীং ৬০ দনি সনা খরম্থ থারগ। ৯০ সুনব লিশীং ৩০ সনা ওইরবস্থ দান তৌদব য়াদে। লৈবাক শেমগংপ ফন্ডা।

১ নং ঃ—নঙক নঙক্তগি সনা লৌথোকউ।

২ নং ঃ—অদোমগিস্থনে। ঐখোয়দি শেল য়াম্ব পাম্ব মী নত্তে। লাখ ফাওব ফাদে। লিশীং ৯০ দং ঐখোয় স্মহুম ৩০/৩০ য়েন্নব য়ানব। কদায় ?

১ নং ঃ—রসিদ তু পীবিরম্মু।

৩ নং ঃ—লিশীং ৯০ ফংলে, মাইখুমশিং লৈবাক চাউখৎ ফগু সেক্রেটরী। পারগ পীরম্মি।

১ নং ঃ—শেন কন্ন তাল্লু, খর লৈরগ অমুক লাকে। বাই বাই।

( চংখি )

অনীচু কপ্লি কপ্লি মমীৎ চান লৈহৌই।

রাণা ঃ—টেলিফোন নম্বর খঙবিব্রা Palace court কি ?

মহারাণী ঃ—খঙডি।

ক্রিং ক্রিং ক্রিং

হেলো ! ইঞ্জিনিয়ার সাহেবপু অমুক্ত পায়হনবিয়ু-ঐগ্যা-মহারাণীনি হুজিক মাইখুম ৩/৪ লাক্রম লুপা সনা লিশীং ৯০ রোম পুখ্রে। সেন য়াম তাল্লম্মু খর লৈরগা অমুক লাক্কে bye bye হায়রম্মি।

রাণী ঃ—করম্নো ঙহাক লৈতন Donation লাক্লবদি খাংব ৱাদোৱিদ লৈবাকসে ।

মহা ঃ—লোইন ফাগৎতব য়াদে, পেন্দব ম্নখৈ

রাণী ঃ—অপেনব মীধু কনা লৈরিবগে ?

মহা ঃ—হোই, অপেনব মীদি ইমানীদ ওইরম্নি ।
( ঙহাক হঙ্গৎ হন্দা চৎ ৱারী শারিঙৈ )
নিংথৌ + সাইন্স ৱারী শারগ লাকই –

সাইন্টিষ্ট ঃ—ফ্লজিক্কালসিদি সার, বিজ্ঞান্ন ঙমদব থবকসিদি ইরৈবু লৈশিল্লক্কে । মতিক চান মতেংবু পীবিরবদি ।

নিং ঃ— অনৌব অঙবক্প কান্নব পুথোকপগি শেলদি পীব তায় । করি করিবু পুথোকপ ঙম্মিরবগে অনৌব ?

সাইন ঃ— মীন তম্নব, থবক শূনব রোবোট শানরে, অৱাব খঙদব মচিঞ্জাক থাক্তব য়োং-মী, ৱাখলদি খন্দব ; মী ঐখোয়ন তৌহম্নিংবমখৈ তৌ হায়ব য়াবজাৎ । জাপান্দা আমেরিকাদ ROBOT শারগ থবক য়াম্ন শূনহল্লে ।

নিং ঃ— হৈ ! কনা লৈ চা পুরকউ ? ( মহারানীন-অচাঅথক প্লেট পুরক, রানীন চা পুরক পীরৈ-টেবিল মচা অনি থারগ । ) নত্তে, সাইন্টিস্ট, ঐখোয়স্থু রোবোট শাব ঙম্মদ্রাও ? শেলদি য়াম্ন চংইনি-মচাক য়াম্ন লৈব তাবনা ?

( চা থক্কে )

সাই ঃ— জাপান আমেরিকা খোযন শারিবসিন ধাতু কয়ান, ইলেকট্রোনিক্স, ইঞ্জিন মচা মতে—অভাংশিংগী শায়পোং জীপ, কার, প্লেন শাকগুম শারগ রিমোং কণ্ট্রোল তো থবক শিজিন্নে লান চংহনব সাই।

নিংথো ঃ- মথোয়দুম ROBOT শাব ওম্বিরব্রা ?

সাই ঃ— ঐন পুথোকচদোরিবসিদি মথোয়তুদে হেন্ন ফব, শেন্সু ঋম্ন -চংদব জাংনি।

নিং ঃ— অং অং – ( রানী অনীন খুবাক খুই, থাগংলি )।

সাইণ্টিস্ট ঃ—রোবোট শারগ মীগুম থবক শূহনব লান চংহনর বাখলদি খলহন্দব অম। অদুগ, মীবু মপাঙ্গলদ কন্নখৎহনব, মান্নাই বাখল খনবদি শোন্নহনব, হায়রিব-মথৈ ইনহনব—মীদে রোবোট ওস্নোকপ মথল অতোপ্প অম, মদুনি ঐন হিদাক চিঙ্গাক পীজরগ ইঞ্জেক্সন MB কাপ্লগ এক্সপেরিমেণ্ট তৌজরিবসি।

নিং ঃ— মদুবু য়ারব্রাও সাইণ্টিষ্ট ? এক্সপেরিমেণ্ট তৌবিরকইব কয়া কুইরবগে ?

সাই ঃ— এক্সপেরিমেণ্টশি ওথাক মাইপাক্লব্রা হায়বদি খঙ্গরে। ইঞ্জেক্সন তৌনব—পীজনব হিদাক ঐন পুথোকচবনি। রোবোট ওম্নব মীদি তাংই। DRUG চাব ২/৩ দং হোংলপ লৈরগ হিদাক পীজ ইঞ্জেক্সন কাপ য়েংববু SIR, কান্নরদ্রা খঙ্গে।

মহা ঃ— মথোয়দু লেলা থায়ব Donation শংপ নহারোল লানহনব- থিংনব শিজিন্নব য়াগদ্রা ?

সাই ঃ- করিগি য়াদনি ? হায়রিবমথৈ ইনব মথৌনা মপাঙ্গল ৱাৎত্তব, কিবখঙদব-ঈশিংদ থাদরে সার্ক ফারকউ য়াব-জঙ্গলদ থাজিল্লে শা কৈ লাইরেন ফাওব ফারকউ য়ানি।

মহা :— মতুদি য়াম্ন কাম্নরদোব পোৎনি, নারক্ত শাথীরব লীল কয়া চংখ্রবদ খৈরোই থাজিল্লগ ফারকপগুম্ব তারে।

রাণী ঃ— হুজিক্ত কৈজেংলাং অহুম ইমুংদ চংলক ঐখোয়দৈ সনা লুপা লিশীং ৯০ রোমগি পুখ্রে। মাইখুম উপ্পি।

নিং ঃ— অং ! ঐ ইতুংদ ?

মহা :— মানি ঐগ্যা, মখোয়দি লাখ য়ৌন Donation তান্দব জাৎনি হায়রম্মি। শেল য়াম্ন তাল্লম্মু খর লৈরগ তমুক কোইথোরক্কে হায়রম্মি।

নিং ঃ— লীন্দু, কৈজেংলাং উচি অচৌব শবিসগুন্তৌ-গুম্বসি মম্থোকত্রবদি লৈবাকসি মরা তপ্ন পানব য়ারোইদৌরি।

সাই ঃ— অশেংবনি মহারাজ অমোংপ লাইমীতম্মী মম্থোক্ত্রবদি লৈবাক পানব য়ারোই।

নিং :— নঙগি মীদৈ ওম্থোকপ রোবোটশিংডু শিজিন্নব য়ারদ্রাও কয়ামুক লৈরবগে ?

সাই ঃ— খর ফব অনিথক্তি য়াওরে—চাং য়েংবিগেরা ?

নিং :— য়েংসি মতিক কয়াম্ন লৈরবজাৎনো ?

সাই ঃ— ( হুইসেল খোঙ, Remote control gadge ( পায় ) রোবোট শাব অনী তাম্বাদ চৎ চংলকই- back

ground music কি তাম্থাদ অমুক হল্লি, লাওব মতুং ইন মমাই মখুৎ ফুরিৎ রোবোট মান dress up তৌই খাকি খোঙ্গ্রাও-খোঙঙুপ উপ ।

FIGHT :— অনীদু তাম্থাদ খুবাকলান তৌই থাং হাইনৈ।

নিং :— মপাঙ্গন্দি কয়াম কনব জাৎনো ? লমজেলস্থ য়াংব্রা ?

সাই ঃ— লমজেল য়াংই পোৎলুম পুব ঙমই নোংমৈ থাং চংদে শিব নাইদে। Come on, অনীমক মনাক্ত লাকই injection কাপ্পি মপান্থোমদ। হরাওবন ফন ফন চোংই অনীদু লান থেংননীং মতৌ উৎলি। Sir, মপাঙ্গল য়েংবীনীংলবদি Experiment ওইন খুৎ শোক্লবিউ অমুক্তং ।

( নিংথৌন চংসিন মখুৎ নাম নাম ২ দুগ চিংনব )

সাই :— Hand Shake –

অনীদুগ মখুৎ শোক্লবদ নিংথৌ লেকথদুন লৈমাইদ শি। রানী ২ কপ্পি—ফিঙৌ অমনা কুপ্লে—পুং ঝাল য়ৈ-খোং। নিপা ৩/৪ থোরকই কুদু মী ২ না পুরক-নিংথৌবু হাপ্লগ পুখি। রাণী অনিদি কপ্লগ লৈহৌই।

মাইব$_1$-বী$_1$ :—মাইচৌ লাক রাণীদ ব্রা হংলে। রোবোট ২ দু Scientist কি নাক য়েৎত Body guard ওইন কদম তৌ নোংমৈ শীংবগুম চেকশিন্ন লেপ্পি।

মাইচৌ ঃ—(রাণীদ) ইঞ্জিনিয়ার লৈত্রে হায়বদু অওইদ্রা ইবেম্মা ? করি লাইনান করমদৌন লৈখিদবজাংদো ? কনান লাইয়েংবদ শৌই, মহা অদুক ওইন ?

মাইবী ঃ— কর্ম্মগি ঈশৈবু মুপীন শকদ্রা নিপান শকদ্রা ?

মাইব : – মুপীন শকদব ওইরবদি মখোন শেংশ্রুব শেঞ্জেং লৈদ।

মাইব ঃ— কনান বৈত্ত ওইথিবগে ? হৈথ্রবা লৈদা।

রাণী ঃ— লৈখিদ্রিবসি ইঞ্জিনিয়ার নত্তে মহাক্তি মোরেরোমদ ট্রান্সফর তৌখ্রে।

মহা ঃ— মাইচৌ, লৈবাক মপুন করিগুম্ব লোম্ন শক লোং কেকুলোং লৈরিডে নোঙ্গাখি থোক্লবদি লৈবাক মীয়ামদ লাওথোকপ চুম্ব্রা ?

মাইচৌ ঃ—চুমদে, মহুৎ অম হাপ্তব য়াদে, লৈবক্তি নিংথৌ লৈতহৈদে। মহুৎত য়েরুম অমত ওইরবস্থ থেন্দুন থমদব য়াদে।

রাণী ঃ— অরান থৌরম নিংথৌচুগি লোম্ন করম্না শোল্লি ?

মাই ঃ— লংকেদ নবদ্বীপ বৃন্দাবনদ শেল লৈজব থরন শোল্লুব য়াই।

রাণী ঃ— শেল মতিক চান পীনি, নখোয় থর শোনবিরু হায়ব য়াব্রাও ?

মাইবী ঃ—য়াদব য়াত্রা, ননাই ঐখোয় লোম্ন চৎ শোঞ্জরুগে। পাম্মুইদ ঈনিংথৌ ইঙো পুকফবা !

মাইচৌ ঃ—কপ্প য়াদে লাংগম্নু—নিংথৌ মহুৎ শিম্নিংব থোরক লৈবাক কায়নি ইরাং হৌনি। কয়া কম করি লাইনান লোম্নিদব ওইরিদে পাম্মুইদা।

মহা ঃ— সিদ লৈরিব ডোক্তর সাহেবসিন ইঞ্জেক্সন কাপ্পদৈ লেকথরক মুংশা হোনব তম্থখি। লেপ্পিব যমগি দূত অনীসিন বৈষ্ণব হরিদাস হায়ব নামদু থোঞ্জিনবি বেশ ওনবি তোর্ব্বান য়োহনখি।

মাইব :— অদুদি ডোক্তর সাহেব, নহুৎতা ঐন বৈত্ত ওইজ কর্ম্মসি ফংজরুরগে ?

সাই ঃ— য়ানি চংচরু।

মাইবী ঃ—ইশৈদি ঐ নবদ্বীপ্ত শকচরুগে ?

সাইন ঃ— শকউ য়ানি।

মাইচৌ ঃ—অদুদি মহারাণী ইবেম্মা য়েরুম লৈগদ্রা ? কূপ দি টাদ নিংথৌ লৈখিদ্রবনিন মহুৎ শিলহনশি হায়ববু ? য়েরুম, খুনু মরুম ওইরবসু য়ানি।

মহা ঃ— সুব্বাইদ য়েরুম ঙানুমরুম কোকপ য়াওনরিদ্রা ?

সাই ঃ— য়েরুম ঙানুমরুম থিব ফংদ্রিডৈ কদায়দনো ঐবু ঙহাক্তং ফমহনগেরা ? নিংথৌ লৈতহেদে হায়রবদি ?

মাইচৌ ঃ—য়াই, করি য়াদদগে ঙহাক্ত ওইরবসু লেংশিল্লু।

মহারাণী+রাণী অনী চং ফরাংজী ফি থাব চৌকি ফজব পুথোরকই।

মাইচৌন লাইরা মন্ত্র মুরুম মুরুম শোন ঈশিং খিক্তোক খুকাপ্পি কাপ-মাইকৈ মরিদ চায়থোকই।

মাইচৌ :—ঙহাক্তং লেংশিল্লু সাইন্টিস্ট (সাইন্টিস্টন ফন্দুন চং ফমখি—মহারাণীন লুহুব উপ্পি, রাণীন চৈ ফজব অম পায়হল্লে)।

ইশৈ হৌহল্লুরো—নেম-ন শকহল্লু-ঙাহাক্তং।

( মাইব-মাইবী চংখি )

মাইব :— কনাবু কনান শেন্নদগে ?

মাইচৌ :—ঐ শেন্নগে চংলো। ইবেম্মা অনী লৈ পরেং অমমম খিরকউ। অনীদু চংখি লৈ পরেং অমমম পায় কে-ন থোরকই—কজেংলৈ উপ।

সাইনটিস্ট মনাক্ত রোবোট ২ যেৎ ওইদ খোঁগল তৌরি।

( লৈ কোইব থোরকপদ "আঃ আঃ" ঙংই রোবোট অনীদু থোরক চংনিংই মখুৎ তিংথোকই Handshake তৌনীং।

সাই :— নখোয়নী চংনীংলব্রা সে-সে (মখুৎ শোক্লবদ সাইন্টিষ্টতু লেকথতুন তুখি—ফিন কুপ্পি—নিপা অনী থোরক থাংদোকখি। রোবোট অনী চৌকি অনীদ ফমখি )

মাইচৌ :—ওঃ ভাব তারে, মহুৎত মখোয়নী শিনগে—রাণী অনী শুই হায়বসি থংজরে লেংশিল্লু-লেংশিল্লু।

( রাণী অনীদু লৈ কোই )

ঐ শেন্নগে, অনীমক—

( Back ground mnsic তা

ধনি ধনি চাঁন্দ বদনী,

রূপ লাবন্যময়ী……শকই

Band Party শকই। )

লৈহুক লোইবদ (i) dance
(ii) ( বাক বাক'গ্ং )

লাই হরাও জগোইদ সুপী নিপা পেনা খোং শায়গ চংলকপদ—

মাইচৌন ঃ- করিনো করি পাম্মি ?

মাইব :— লাই হরাওদোব খিৎত ঙায়রে, জগোই ওরাইসি, শেল নিরুসি লাকপনি ।

মাইচৌন :—( রোবোট ২ দা ) ঃ অথোব অনী সুংঙাইসি হরাওসি হায়দুন মীয়াম লাকইয়ে ? ( চোং-ফন জগোই ইঙ্গিৎ )

ROBOTS :—( Horse Neighing ) R[1] :— W-H-Y ?
R[2] :— H-O-W ?

মাইচৌ :—( জগোই মতেক শা উহল্লি । মঙক নোমজুন য়াই, তাম্নরগ অনীজু ময়াম চংলক, মতেক অম লৈম নিংথৌ জগোই শাই, রাণী অনীমু য়াওই । রোবোট অনীদ শানব ইঙ্গিৎ মাইচৌন তৌই, মথোঙনীমু সগোন জগোই, সনলাব জগোই চোংই ফন ফন, চোংব য়াওই ওহাক হৈতে । )

Robot[1] :—STOP-STOP ( spelling )
Robot[2] :—NONSENSE—WORK.

মাইব ঃ— দোনেসন থর পিবিয়ো অথোবশিংন
( নিবগি মতৌ ইঙ্গিৎ )

Robot[1] :—WORK—WORK.
Robot[2] :—NO IDLING.

মতুং হন্ন চৎথি—ওক্ক য়েং-য়েং

Robot[3] ঃ-( মাইচৌদ ) ইঙ্গিৎন পোৎ লৈরু তাক বাজারদ চৎলু ফার্মাসিদৈ Injection Syringe হিদাক কাপ্পব অমদি মাইখুম লৌরু মীখুদিংদ কাপকনি ব্রাখল খনব হঙ্খনব, পাঙ্গল কনব হেন্নব।

( থবরু তাকপ )

Robot[1] :—নিং-হে-হে!

Robot[2] :—মো-ও ও!

লাওথোকউ লৈবাক্ত ঃ—তনব য়াদে, অরেম্ব হরাওকুম্মৈ Ban মী খুদিং ROBOT ওনব তায়, থবক কম্ম শূনব ব্রাখল খন্দন হায়ব, ইনব তায়। অতনবন শেল নিব পীফরোই।

( তনব মতৌ উৎ জগোই উৎ খোংচুন ঈশৈ শক ভিক্ষা নিব মতৌ তম য়াদে লাওথোক্কব তাকই )।

মাইচৌ চৎখ্রগ—রাণী অনীদ injection কাপ্পি—অনীচু ঙাওদুন মশা খিংন জগোই শান্ন। Mask উপ্প রোবোট ময়াম লাকই, রাণী ২ দুমু উপ্পি অদুগ ময়াম্মক হৌ হৌ চোং চোং, মান্নন চৎলি, চৎলি চোংই জগোয় শায় লাঙ্গং জগোই। ( হুই হৌদোং খোংই )

## EPILOGUE

হে তাইবং মী!

মতমগ চান, মীরোল তান হিংওমদ্রবদি হং-মীচম ওল্লো কান্নদে হৈ ভায় ?

---

# সন্মখৈ হুখে, লৈবাক্কে ?

১ব শরুক

করি

মতম্মো ? মতাংনো ? মতৌনো ?

লীলা মীকোক মরু ওইব

১। পুপু (৭০)

২। ইবুং পা—চহি ১০, ( পুলিশ মচা )

৩। ইবেং পী „ ৯ ইমামচা )

৪। শারাক শাজৈ, পুলিশ খয়

৫। নহারোল পাখণ্ডমচা খয়

৬। ছাত্রমচা অপ্নিকপ অচৌব—লমজাউদ লাওব

৭। ইতৈঙো—নিঙোল লাকপ, লৈকাই মন্ত্রী

৮। ( তন্দ্রধার )

৯। থৌব-খুনেকচং

১০। নাওরেম নাওরী

১১। ( তুখেম্বাঙ )

১২। ( য়েন্দাইদেবী )

১৩। অপাম্বী ( পুলিশ ইন্সপেক্টর )

১৪। মানবী

১৫। লৈব্যাকলৈ

১৬। থবাইমি মমাশাবী

মীচম—অতৈ কয়াম্বু, লোমদ্ধুন শাবম্বু য়াও।

# সনাখৈ হূখৈ, লৈবাক্তে ?

৯/১

ফমুং-কা

পুপু ( পাউপু ) চহি ৭০ রোম অহল অমগী ফম্মাংদ মমঙদ থোকপ থৌদোক ঙাক্তনি। চহি ৯/১০ মুক শুরব মশু নিপা ১+নুপী ১ লৈ।

লীলা হৌবদ প্রস্তাবনা ওইনা নিপা ৩/৪ রামতাল পায় ইশৈ শকই। পূং নত্রগ খোল য়ৈব নিপা ১ য়াওই ঃ

ইশৈ

কৌব তাদব হংব খুমদবা

হে মপু থোইরেন থোই !

নঙ্গোন্দ কৎচরি ঙসি

মতমগি লীলা ফৈরেং য়ুরেং

করি মতাংনেং ? করি মতৌনো ?

ফাগীনি খনবিনু মীৎনু পীরাংনি

মীৎয়েং তাবিয়ু মীৎস্না লখ। থরান মৈরা পাল্লিবা

সনা মঙ্গাইন মহাকাশতা

ঙমখৈ নাইদ সরাসন !

শকপ লোইরগ খুরুম্মি।

খুরুম্ব হৌগৎলকপদ থাকী শেং—পোল্লাওবী পায়ব অনীন য়েং ওইদৈ লাক চেক তৌই, ফ্রিস্কিং তৌই। পূং য়ৈববুদি পুদ্ধন চংখিং—রাদি ইঙাং ঙাংনদে ইঙ্গিত ঙাক্ত।

থাংমৈ মমথিবদ—

ফম্মুংদ পুপু নাথোক তুম্লম্মি। নোং ঝম ঝম তায়—
অথাক অরাও নোংথাং কুপ্পদ থংই থংলাও লাওই।

পুপু :— ( লীচৈ পায় ফম ) হৈ! কনানো নওবো ?

মথাই ইশৈ শরুকই :

ঐবু কনানো হংলিবাও, নওহুম কনানো ?
অপোকপ পম্বৌন ঐগি মহাসাগরনি —মহা !
ৱাংন পুথৎপি মহা আকাশতা
থাদবিরকই ঝম ঝম থদ্রাক—
কনান ওইনি নোংদম্বন
পলেম শকপীন পার্ব্বতী
মহাদেবগি চীংশা নাপোম
ইমিংন ঐগি মহানন্দ
নীংথা তম্ন ডাওজব খুসী
ঐবু কনানো হংলিবাও, নওহুম কনানো
অনেম্বদ থন চেম্বনি ঐ, অশোনবদ থন ইম্বুনি ঐ
লৈজরম্নু লম্বীদ থৎ, ছায়বিগে
নফম লেংনীংদবশা,
ট্রান্সফর পামদ্দবশা !
নমথায়নি ঐদি থওপেক—
থিঙ্গাইনি ওম্মিমথৈ।
বিচার লৈতে অচুম অরালগি
নীংথা তম্ব মীংব থোনি ঐ।

লাওনীং মফমদ লাওজ্বরুচো
নাতাৰিদে ঐহাক্তি,
কনানো চৈরাক পীরদোব ঐঙোন্দ
ঐবু কনানো হংলিবাও নওতুম কনানো ?

( পরেং খরদং নুংঙাইন শক্লগ তোকপ য়াই ) পুপু হৌগৎ—লীচৈ পায় কিশি শেৎপ লৌথোক, কোয়ন যেংই—

পুপু :— ন্যোং-নুংশিৎ-লেন চীংদ্গি তুরেল চেম্বরক্কনি, মহৌশা মী লাই নীংখা তম্ব ঙাওব ফৈব পাম্নখ্রেদা। মখোয়ন ঙাওফৈন চেম্বরকপদ ৰাদৌরবসি তোর্ব্বান ঐখোয়নে। ফমুংদ চং তুমথগে তৌবদ মীন কৌবগুম হায়ফেৎ তাব্লগা

পুপু :— হাও—ঐবু কৌব্রা-ও ? ( য়েৎ-ওই হৌগৎলগ য়েংউই) খম্নুং কিকৌই লৌওনবীন্ কৌরিব জাৎলাও ? হনুবী শকথিবীনদি ঐধু অশিরৈবাক চৎসি হৌবিরনুকো।

( মপুংফান কেরবী শকহেন নহা ১ মকোক হায়রপ খুম্ন মতুংদ হায়ফেৎ ইল্লগ খঙহন্দ শং চৎখি )।

অশিরৈবাক চৎল্লরগ শিরক্তন হল্লক লাইরিক ইরগ থনম্বা কনা য়াওব্রিদ্বগে য়াম্ন খঙনীংগনব অফব ছাত্রদি অশিববু কিফম থোক্তে। "অতৈ পুম্ব অরেম্বনি খঙহৌ-থেংনহৌব অদুনি কাম্লরিব্দি" গ্রীসকি লেখক অমন হায়খিন্নে। শ্নিরিদকুন বান থাংনৈ, অতৈন ঙায়বদ ৰান্নে। অচুম্ব চৎপ শেঙ্গা থুমজা য়াদবদি অশিরাইদনি।

( ফমুংদ্ কাখৎ তুম্বব ফম্মি রৈফেজুপ অম চিংখৎ তারি মপানদ লাওনতুন চৎখিব )

পাউমী ঃ—তাও আও, মুংশ্বিরবু প্রজাশা ; ঙেং চাক পোৎ পূম্ব তাং, মীদি হোংলে মী ললোনব চুড়াম্বাব থোরক্লে, অঙাং চেকশিল্লু ।

---

১/২

( হনুবৈ মঙ )

( অয়ুক, লমজাউ )

লমজাউদ অঙাং অপিকপ খর য়াও, নহারোলনসু অঙাংশা পাখঙ খরন লুচিং লমজাউদ প্রোশেসন চৎলি ।

অঙাংশিং শকপ ইশৈ ঃ

লায়র মচাই ফস্তুম লৈতে
ইনাক খুন মচাই স্কুলদা ।
ফিজেৎসু লৈতে লাইরিকসু ফংদে
লমজাউদ ফম তন্নগে ঐখোয় ?
গাড়ীন তক হাৎকে হাৎলু
ঙম্মগ তাম্বোকউ শেঙ্গা বাশা
শিহিং হিংব ঙম্মরোই ঐখোয়
লমজাউদ ফম ইকাই থাংনি
পীবিয়ু বাপুজী ঐখোয় উব্দ ।

চারা অনীদং চাচা- নেহরু
নিংগ্রী শেৎ বোরা থা
লমজাউদ ফম তম্নি লাইরিক
জৈজৈ মহাত্মা গান্ধিজীগি জৈ
চাচা নেহরুগি জৈ।

ছাত্র-লুচিং ১ :—লমজাউদ ফম্মু—লাইরিক তম্ব হোরসে ?
অ আ ই ঈ—, ক খ গ ঘ—
অঙাংশিং + অঙাংশাব অহনশিংন খুম্মি
১ ২ ৩ ৪ ৫, ৬ ৭ ৮ ৯ ১০
—খুম্মি—

( ইসে—হুখ্রে সনা লৈবাকতগি ! কো খো, গো ঘো ছায়রুন তম্বিনো বাঙ্গালী মচা নত্তে।

শাজৈ ১ ঃ—কনা কনাই অঙাংশিংনো ? লমজাউদ স্কুল কারিবসি কনা কাউ কারিবনো ?

ছাত্র লু ২ :—খঙদেনে, স্কুল মতিক চান শাব ঙমদ্রব সরকারন লমজাউদ তম্মো হায়রব্রা !

শাজৈ ২ :—হৈ অঙাংশা চৈ চানীংদ্রবদি গান্ডীদ কাখৎলু মহাবলীদা টার্জানবু তম্বীহনসি। অঙাংদ ইস্সিমো মিঠাই চাগেরা, নথরাই মাংগেরা ?

( গাড়ী মখোল—মী ইম্নব তাম্নব, যৈন স্নুনব, তেংপাক লংনব··· ৱা খর থোক্লব অঙাং কয়াম্ন লাওব ৱাথোক মতেক অম, লাওন খোংনব উৎপ য়াই ) নোংমৈ কাপ্ন মখোল তাবদ খং হৌগৎলি হনুব—

হন্নুব :— হৈ ইবুং, হৈ ইবেং ! ঐখোয় অঙাংশিং ফাথিব য়াওব্রা- মঙলনে ! হৌগৎলগ ঙহাক চং করিনো মতমসিবো অঙনা কদায় তাইবঙুন কদায় ভাব অম তাদ্রেনে ?

অঙাংশিংন তম্নব লাইরিকশু উঝাশিংন ব্লেক মার্কেট : লৈন য়োম্ন কারবার তৌই, মীং চনবদশু সেন চায় হায়নৈ, করি লৈবাক্লোসিবো ? হুখ্রে লৈবাক মাংলে !

স্কুলবু লায়রবগি ইনাকখুনব অঙাংগি তোঙান তোঙান খায়দব য়াদ্রবাও ? স্কুলগি কারবারন লৈবাক্কি অঙাং ময়াম্বু ঙানম নম্মিব্রা করি মৈদনো করি থাংদনো— মুনদৌরিব্রাও ? মীতৈ য়াঙংলা মনম নমদৌরিব্রা নত্রগ হুইস্কি ব্রান্দী বাইবলগি মহাও ঐখোয় লৈবাক কনান লৈথ্রবগে ? য়োনখিব্রা হুখিব্রা মঙলাক্নি খনবদ তূমদোকিরে। মঙ নুংঙাইহিত্রিফাওবদি ঐ হৌগৎলোই। ( তূমাথি—ঙহাক লৈরগা নাখোকই। মাগি ফম্মাংদু মঙথি গ্রাউণ্ড ওইরে—

---

১/৩

## হুখে সনাখৈ লৈবাকতৈ।

ফিমন শেংপি সেগাইব লিংইনবী মীতৈ লায়রবী পোলাং বোরা পু য়েন্দাইদেবী লাওতুন লাকই। নাকল অমরোমদৈ পাখঙ, বোরাশিং থাংতেক য়োংতেক খোম্ব তুমিন্ন খোরকই, খদাং মেৎ চিন্তা তৌ শক্তমনি।

য়েন্দাই ঃ—প্লাস্টিক প্লোংপুন অহাংব,
টিন কোটা অমনর,
মন্ত্রী লিক্কী অশংব লৈরদি কো থর হুন্দোকপিরকও খুঞ্জখিগে ? খৈদেন্দ শিংলে খঙনরব্রাও ? মনিপুরগি পোৎ লংফেদ য়াম্ন শিংপা লৈয়ে তাকপিগে কাম্ন পাউ অরোনব ?

মী য়াম্ন নুংঙাইনখ্রে হূরানব হৈবদৈ, থাজদ্রগ কনাদ হংনসিগে ? থানাদ হংনসিরা এসেম্বলীদ হংনসিরা থবর বাবু ?

বোরা ঃ— প্লাসতিক-টিন-লিক্কী হংবী নঙন থল্লিব অশেংববু করিনো ? ফিজেৎ ফিদুপ লাইধী শানবরা জগোই শানব্রা ? হৈ জগোই পোৎলোইসু য়াওরি, হো ফনেকতুদি করিগিনো ?

য়েন্দ্রাই ঃ—মীতৈ নুপী মচাশিংদি ফনেক পামদ্রে শেৎনররোই, মীয়াল ফিজোন থোল্লনি পাম্নবে। জগোই হূরানব ফাব চৎতৌরিব, পোৎলোই পুব তারি প্রমান পীনব। অদোম্মু য়োৎতেক-থাংতেক, মিশি কোরী অতাঅতু থুনব চৎপ্রিব্রা ? করি য়াওরি বোরাদুবো ?

বোরা ঃ— নমিৎন য়েংউ— ( থর উহল্লি )

য়েন্দাই ঃ—ইঃ ! মী মকক্, খুং খোঙ, কোক তঙ্খাই, হকচাং মতেক্ মতাশিংদ্ব কৈদৌনদৌরিনো ? মীতৈরোন শাদৌরিব্রা ?

বোরা ঃ— ঐগাক আশামগী বিজ্ঞাপ্রিয়া নত্তে হৈ, অচুম্ব পাম্ব দেশ ভক্টৰ্নি-কোক অখাব খুং অরানব; খোঙ-লমলানব মীৎ য়েংখুমিং থুংব শিন্দোকপ, শেমদোরকপ Opera-tion, Transplant তৌনবনি; ঐদি হায়রিবসি থাদি থাজকন্নু। করিগীনো অদোমা অয়েখপোৎ অকাই-অতোাই লিরবী খোম্ব খুনব চংপিরিবদো ? নুপী মরূপ তেঙ্গোল অমা পেন্দ হাকৎ নম্বো পোন লাঙ্গোন্দ মণ্ডারক কামবীদ লৈকুৎ খোনব চৎনখি। য়াওরুব য়াদ্রোও ? নম্বোদু থাদখ্রগ নকোক য়াংনি নশা নুংঙাইনি।

য়েন্দাই ঃ—ঐন হায়রিসি থাজরুনুম্নু হায়রাবাখ অদুগ কারগা কোক য়াংনব পাউন্তাক

বোরা ঃ— থাজগনবদে সনা লুপা নচাক নরল য়াম্ব মাংজখ্রবী মুক্তা মানব, লৈজখিব্রিঞ খুদোন—,

য়েন্দাই ঃ—মদুইদি চুম্মি, থাজহল্লগ হাৎপ হৈব জীবুদ্ধি মীগি মথক লৈত্তে। মীন ফত্তব ওম্বগি ওমখৈ হায়দুন কাম্দে, মতৈমনাও মচিনমনাও মপামচা শাগীম খৎনব হাৎন শুনব ওম্মি।

বোরা ঃ – লৈজবখিবিক হুবিখ্রবী ! থাজহল্ল থাদরম হাৎলগ চেনখিব মীমাং খুংকি মথক্ত লমনখুম্ব পাম্ব্রাও ?

য়েন্দাই ঃ—য়েন্দাহ এন চন প্লাসাতক লল্লা অহাংব থাজম্নারবাস এলাং পেরুক চরা নোংখম্নব নত্তে. মামাংখুৎ ফাগে খিরিবনি তাদ বোরাবু করি মিং-করি য়েকশলাই ওইসিরা ?

বোরা ঃ— য়েকশলাই থিরকনু বোরাসিং বোরামীতে অপাম্ব কৌ, ঐম্বু য়েক্লব থিরি, য়োংচাক আলুগ উমোরক (নোইমিম্বনব মখুৎন উৎ) অহন্দু হৌদোকউ পাউ লৌসি ?

য়েন্দাই ঃ—( মনাক্ত-মরু-লেপ্পু, বোরান খর হন্দোক ) খবরবাবু ( য়েংনৈ খিৎতং ইকাইন )
রা অহনসিবো ! ( খর নকসিন ) ওহ ইপন পাউতাক তারিব্রাও ? ওহ ইপু পাউমেন ! রারী অম শাসে হৌগৎলো ? ( চৎলগ বোরা মনাক্ত লেপ্পুই )

পুপু ঃ— ( লিচৈ মোম্পাক মখাদৈ মাবগা তপ্ন লৌথোক কিশি শেৎ ) কনা কনানো ? করি হুগে লাকপনো ? সনা খঙদে শাজৎ-লীচৎ খঙদে, জগোই খঙদে, লিক্লী অহাংব খঙদে হুখে মাংখে, উরীং য়াইরোং শেগ্রাক লৈগেরাও ? পেটি ( অহাংবদ ২দু নত্তবমাইগে )

বোরা ঃ— পাখৎকনু কিবিনু অহন। খুৎলাই পায়ব নহারোল দেশভক্ত নত্তে।

পুপু ঃ— অত্তুদি অঙ্গ্রেজীরা ফিরিঙ্গরা করম্বা লোয়লম পাম্ব মৈর্ব্বাক মচা শিংনো ?

বোরা ঃ— শনিপুরগি মপুমচাশিংন লাওথিব শকথিব কপ্নখিব পেন্দব ময়ামত্তুনা থাইনদৈ মালংদ তুংখৎ নিংথম উন ওন, উন্দুন স্নুম স্নুম মপং মত্তুম তাশিল্লক উনজীং (Ice berg) অনী ওন ইমানী লাকইবনি। পেন্দব বাকৎউন পুনশিন্নব করি লৈ ? করি পাউতাক পীনিংই ?

পুপু ঃ— ( লীচৈ থাদ ) স্বাগতম লেংশিনবিরকসি Wel-come, ThanK you করি হানি ? ফিদাদি ? হৈ কনা লৈ হিদাকহাল্লো ? ( ইশ্নুংদ চেনশিন লালটেন লৈখং ফক মচা তম পায় শোন্দুন খোরকই ) সনা লৈবাক্কি সনা মথৈ হূরানবশিংন ফকখ্রে হুখ্রে । হূরানব ফাব তারি । হৈ কদায়দ চংখ্রে ? থাংনৈ উবদ মাংখিব জাংলা ? অশাবদ বরক মহীচেনব, অশুানবদ মশুমী ভূত-প্রেত মাংব ! মশু মুংঙাইতে অমুক তূমথখিনি চরা থর হাল্লগ । ( ফমুংদ নক্কন ইশ্নুংদ চংখি )

( মৈ মমথরগ মশু মাম্বব মঙাল অমদি ম্যুজিক্ক শগোল পাউজেন লাকই শগোন পাউমী ) ঃ তাও তাও স্বর্ণপুরগি প্রজান শেন তিংদনব পাউজে, লৈবিক্কুনু লানগনব । তাবিক্কুনু নাকোং উপু, হুই হোদোঙ ইশৈ লক্কাং য়েংবিক্কুনু নুংশেন উপু ইকাই শঙ্গোই হাং-ঙান্নু খুনু জগোই । অশেংব পাউনি সনা লৈবাক্কি সনা মাংদ্রিবাও ? কদায় চংখে সনা মথৈ ? মফম চাদবদ থম্মদি মাংব নক্রাও ? অঙাংশিংদি মাংদ্রো ? সনা নক্রাও মখোয়দি ? কদায়দ চংখে ? World Olympic তা য়াওব ঙম্নব নুংশেন উপু মমাংদ য়েংহল্লিব্রা তাহল্লিব্রা হুই-হোদোং লক্কাং ইশৈ, ঙান্নু-খুনু পাদোং জগোই ? খিশে সনাথৈ হুখে য়াম্ন, কায়কারীনা ।

হূরানব ফাসে হুরামব থংলো=থংলো তূমজুন লৈরনো ফৌ শংবাইদ ১০০, হঙ্গামদ ৫ । মীশিন ইশিংদ

লুপ্প, আতিয়াদ কায়ব, লম্‌জাউদ রেল লাইন্দ থেঙ্গাইন শাখব, নোংমেন খর কাপ, বোম্ব খর চাক হাৎপাল মীশিং হঙ্খব য়ারোই চাক তাংখান, শেল থোক্তুব মতিক চাদ্রিব নহান মী শাব যাবাও ?

---

/৪

(হন্তুব হৌগৎল তার কোইন য়েংই।
য়ুম লোম্নব কৌরপ্ন হংই)

হন্তুব :— নখোয়বু তাহৌব্রা অঙংশা ? থৈদেন নুপীগি শেঙ্গাও লাকই হায়ব্রা ? লুহোংব পাট্রিপ্স নুপীশিং মঙক্তগি লীক সনাদ নোংমেন কৈদৌখে হায়ব ? সনাবু ঙকশমদ নাদ খুদাঙ্গ ফৌরগ হৈবীদৌন খুইজিন চাব হাওনব্রা ? নোংমেমরু মচা পোবপ্রা শেন্দোইন বেঙ্কতা শেন থম্বগুম ? (মগু নুপাগ মগু নুপীগ মফিদি মীতৈ লায়র ফিজোন্দ শেং লাইরিক খর যেপ স্কুলদে হল্লকই।)

নুপী :— পুপু ঙসিদি ইবুংগ ইমানী প্রাইভেট স্কুল অমদমু মিং চল্লুরেদো !

পুপু :— মীমাই স্কুলদগি তাম্মোকপিয়ব্রাও ইংজে ?

নুপী :— তাম্মোকপ নত্তে অমৌব অমদমু মিং চল্লম্মে।

পুপু :— করি করি তমম্মৌরিব্রা ?

ইবুং :— ব্যেচিলর ওফ্ গুন্দাইজমু, master of গুন্দাইজম। চহি ২, মাস্টরগিদি ৪ চংনি

ঝুপী ঃ— গনতন্ত্র চৎপ অপঙ্কব লৈব্যক্তি য়ান্ন কান্নে থবক হেক্ত ফংনি হায় ! বি, জি পাশ তৌরগ চৃহি ২ দা তলব চানি পুপু-গি ওমোক লৈমিনি হিদাক মিকিস্তু লৈবিনি ঐনা । ইবুংদি ওনার্শ্ম লৌবনে

পুপু ঃ- করিনো ওঙাগি কুলদ ওনার্শ লৌরিদি-কম্বি হিরমদনো ?

ইবুং ঃ— Modern Killing নম্বর ৫০০ হুজিকান মীহাং মহৈ মথল মথা হিদাক খুৎলাইন থাং তেম্ব নোংমৈ কেরাটি কোংকু ··· লোইন য়াওরে, চহি ৩ অমগদ্দম ।

পুপু ঃ— চৎলো চাক চারুরো । মতমশি মওং মতৌ-ননি । ভোট খোম্বদ শিজিন্নব কিহল্লগ থাদহনব কিহল্লগ শেন মুনব ঙৌনা লৈব মফম্ম শেল, শেল লৈবম্মফমদ মাইপাকপ, কুইব কুইদবশি খঙবেকো ।

( অঙ্কাং অনী চৎখে )

---

১/৫

তম্ব্রসিং মশা নান্ন লাকই মীতৈ অহন অম

তন্ত্র ঃ— করম করম হিংবিরিগে ঐখোয় ত্রাধন মাইনৌবো ? প্রলয় কুইররোই হায়নরিবসি চুম্মিব্রাও ?

পুপু ঃ— হিংদ্রে ঐদি, মঙ্গগিদমক তুম্মদনি । কুইররোই প্রলয় কনান্ন হায়রিবনো তন্ত্র য়াব্র লৈব্যাক্তি থকুথন ? নহান্ন লৌম্লে, প্রলয় শাগৎপ, সনা লৈব্যাক্তি সনা, মচু কোক্সে কোমী কাখৎলে, লৈবাক লৈমু তিঙ্গা কোক উনরে ।

নোংমদ প্রলয় তৌদোব নত্তে, প্রলয়াগি মচাক তুম্ব্থনরি অহে অশিং বৈজ্ঞানিকশিংন, নিউক্লিয়ার ইনার্জি থেংনবদৈ প্রলয়গি মৈচম মৈখেৎ টিগর ফংলবনি। মী হায়ব জাৎসি হুই হৌদোং পার্টিদ মমিং চম্নরে, লম্মাংদ থোক হৌদোং ইশৈ লাওব য়াওরে, হুইগি ফিহাং জগোই শারে লেম্নরে, অঙাংদসু তম্বিরে, নোংমদ মী কয়া কয়া প্রলয় হায়ব বোক হিংচাবদ চাকথাক হুল্লি? হুই হৌদোং উচি উতীন শিবদ কনান কপ্নে রানৈ? ইশৈ শক্তম লাইরোন শোনব থরদি কপ্নব্রা সরকারন মতেং খর অশিমন পীবিবগি?

তন্ত্র :— তাধন Village Planning কমিটিগি মিটিং য়াওবিদ য়াদে ওহাক্ত লেংউসি?

পুপু :— খুঙ্গং-শিংন খব্রাইদগি পেন্দব নীংব থুংদব হিরমসি করি করিনো? নত্তে, লৈত লায়র য়ুম্বান চাউখৎপ ব্রাৎপবুদি অতুম খঙনরে অয়াম্বনা।

তন্ত্র :— লৈবাক চাউখৎনব থৌরাংদ শেন থাদব কান্দ অকোন অহান অয়াম য়ামদ সহরগি খুঙ্গংগি মীচং মীথায়, য়াম নায়ব উনরে।

পুপু :— উনি তৌরিবনি, খুঙ্গংদ লৈব প্রজাশিংবু শাওগন্দে পঙতক হায়গদ্রা মবুক ফবনি হায়গদ্রা খঙবদগি খুদোং চাব ব্রাৎন ফংহনবনি। নীংঙাইতৌদন পেন্দ ব্রাকৎ লাওরুদন সহরন খুঙ্গংগি অব্রাব মুংঙাইতক কোকহন্নব তৌবিরকদ্রা? সহরগি পেন্দব মশীংবু কনান থীব

ফুমদগে ? পার্বতা রেলগড়ী তালি লক্ষ্মী মচা, বস মচা থম্বিয়ু দিশনেলেন্দ, মিকি মাউস, শাম্মু শজি শঙাই মচা, অঙাংন শাম্মনব হাম্ন সহরদ থম্মখিগে অদুগ খুঙ্গং-শিংগি মৈ থানসি ঈশিং অরুব থকপ ওরুব পীগনি। দিল্লীদ চৎতুন লাওরুদ্রিমথৈ মণিপুর মচা ঐথোয় চাকপুক থনগদ্রাও করি চেঙবো হল্লাপুর বাজারদ য়োল্লিবসিবো ?

যন্ত্র ঃ— হল্লাপুর সহরদ অরানব কয়া Corruption তৌবিন্নু থিংনব Hunger Strike তৌব য়াওরি, ফাগীরা চরা হেনববো ? লৈবাক্কি কান্নব অচুম্ব তান্নব চরা হেনব য়াওরিঙৈদ হল্লাই চাক চানব য়াব্রা ? মী খুদিংমক চাক চথোম ২/৩ দং ওইরবসু হন্থন চানব তায়, থৈদেন চাক য়োনব য়াদে মথালমদৈ ফৌ চিংথৎপ য়াদে। হোটেল বন্ধ তৌ। করি হায়গে ?

পুপু ঃ— মানি, মানি, য়াদে চুমদে ··· অদু, সহরদ লৈব মপাবুংন চানব অতোম্বী মচা-শিংসিবু ভাব তামন্দে হায়বনি চরা হেনব য়াওরব ফাওব চুমথোক্কে অরানব থবক থাদোক্কে হায়দে Sorry, very Sorry পেংবা শরেং ঙারেল চা, যরদা ক্বান মচিন লেপ্পে চগপ চগপ ঃ খন্নব য়াই য়েংসি, মফিদ শেম্মি মখুৎতি হ্বাওদে চুরুট চিংই শংদে।

যাত্রা ঃ— মতুই লাম্বা চাব গাইত্রং পুরন অম নহায়োলন হৌদোরক্লে। চরা হেনব তোকাথ্রে, মাই পাকথে

পাঞ্জিশুংপায় ফাক তারিক থাবান য়ানখ্রে। কনাগুম্ব স্নীন চয়া হেল্লবদি অচুম্ব তানব সত্যাগ্রহনা, গান্ধী অস্ত্র শিজিন্ন ফউব অতাব মরৈবাক মচা শূম্বন অৱাব ফোংদোক্লব মথৌ তায়। চীমদ কামদে চাক হুম্বন চান, ময়াই কাব পোং থাদোক্ল, পরপ-পরপ থিগংথুন পীব তঙাইফদবনে!

পুপু ঃ— চুম্মি, চাদ্রবদি, থক্ল্রবদি মী শি। নহারোলনা করি পারা তম্মিদৌরি? মহাওব চাব থকপ, মী ওংপ কিক্লব শক্তি য়ামপায়ব মী লৈনব শেল য়ান্ন তানসিনব লক্ত তাইবং মীন হিংবগি পান্দম। মহাপুরুসশিংগি মতৌদি? খঙব্রাও? হুম্বন শেং চা, মশান অৱা অনা খাং মীগি সেবা অওম মতেং মীচ্লোন্দ পীনবনে।

---

১/৬

(মুক্লা কাংজৈ শান্নবদ কোন্ন-কোন্ন অনী, জুরা ৩ লৈরম্মি,)

অহল্ল অনীদু কুরিনো করিনো য়েংই হুন্দোকই। কাংদ্রুম পায়ব অমন থোন্নব মীরক নারক য়েং চংলি কাংজৈ হায়রি

ফ্রিমু শেংপ (থাংচেং+কোয়েং) (থা থাংজীং কাংবু) ঃ

১। নাওরেম নাওরী ২। বোরাসিং ৩। লমহেন (পাখঙ ১)

ফিঙৌশেংপ (থাংচেং+কোয়েং) (কৌব্র কাংবু)

১। ইতৈতো ২। প্রৌব ৩। শারাক শাজৈ

**Down Stage Left** **Down Stage Right**

লমহেন + শারাক শাজৈ
কাংদ্রুম পায়ন — কোন্নরি
লাকচনব — য়াদ

ইতৈঙো + বোরা
ফানরি — মুরুরি
কাংদ্রুম — য়েং

Center Stage

নাওরী য়াঙ্গং ( কাংদ্রুম পায়রি )

থৌব শানোইন মথ্বাংকোন

কাংদ্রুম পায়ব খুংস্থ ফা

মুনগে লাক্ল ড্রগদ্রি

কাংদ্রুম পাস তৌননব-মীচং মাশক-মমীং য়েংনৈ ইঙ্গিৎ তৌনৈ ! মমৈদ ব্রা ঙাংনৈ-খুন্নৈ ঃ

থৌব ঃ— থিংগন্নু ভায় নাওরেম নাওরী য়াঙ্গং লৌবুন লৌবক্তগি ফো চিংখৎপদ খারমচা লৌমী নখোয়ন থিংবগি মথৌ তাদে আইন নত্তে, চংনরোল নত্তে, নিংগ্লাই তৌন্নু।

নাওরী ঃ—ব্রা ঙাংনরিঙৈ চেম্নগুম্‌সিকো চাকহেনচাব থ্বৌব শানোই পুকনোই ? লৌ উব ঐখোয়ন হুমাংমন চাগদবনি, নখোঙ চোৎতনা চীন চোৎপ য়াররোই। অবাংলম মচা নখোয়ন খারম্নু ওংলকইবসি কুইরে অহল্লমন হাক্তক্কেনি। ২১ শুব শতাব্দি চংলকপদগি নখোয় নপানপু কত্তনশিংন ফমজা চারম্ব মমল খিৎত থীরম্ব লৌশিংদো থাইনৈ অহোংব মমলক্কুদ হন্দোক্লনি। শেন্দুম্ন মচীৎ মচীৎ চহি খুদিংগি ফো তাংব তায়রগ থর থর শিংগৎলকে চৎলো, ফৌদি চিংখৎখি য়াল্লোই। ( অমুক কোল্লি ফায় )

থৌব ঃ— আইন কায়ৰ থবক্কি মনাদি লীচৈ চানি ভায়, হাওরবদ লফু ফাবৌঙা।

নাও ঃ— অৱাংলমগি লম্নাই আইন্দু ঐখোয় চক্রে হায়দেকখে্র।
নীংথা তম্ব ফংজ অন্তর্জাতীগি আইন চংলে, লৌমীন লৌবু, হুমাংমন চাজব। পাট্টা পায়রম্বশিংদ চহি খুদিংগি ফৌ শংবাই অমমম য়োল্লগ শিংগংপিব চহি ১০ গি মম্নুংদ লোইনব।

থৌব ঃ— মহুবু লৌবু কনা অৱাংলমগি পাট্টাদার কনান য়াদগে ?

নাওরী ঃ— শান্তি লৈনব, Civil War থোক্তনব সিদ্ব্যল কাস্ত সিদ্ব্যল ট্রাইব হরিজন শিংদ চাউখৎচনব খুদোংচাব থর পীবিবগুম লৌমী ঐখোয়দস্থু হুমাংমন পীবিব চুম্ব।

থৌব ঃ— মহু অৱাংন য়ানরোই, ঈমু নাইমু তানরক্কে হায়নি, পুক থল্লোইদব ওইরবদি Civil War থোকসনু হাৎন শুননি খুৎলাইশাবশিংন হরাওনসনু। সরকারন য়ারবস্থু আইম্ন মবুক ফজ পীথোকখ্র বস্থু ঐখোয়ন য়ারোই।

হুরু হুরু লৈনৈ লাকনৈ ঙহাক, কাংদ্রুম য়েৎত লৈব মীচং ইতৈঙোদ লুল্লপীবদ ওকথি খুমথি বোরান মথ্বাংদ কোল্লি। নাওরী থৌব লেপ্প নত্রগ হিপ ফানবদি তোক্ত অতুম কোম্নৈ মীংকুপ নাহুম য়েংন। ইতৈঙোন কাংদ্রুম থোম্নৰ লাক্কৈ ধমকা তৌই বোরান য়েৎলি থোম্ব হুনব ঙমহনদে।

ইতৈঙো ঃ—( কাংদ্রুমদ শংত্রিক য়েং ) ঃ ইপা ইপুগি লৌফমদগী চহি কুইন চাজরক্লব মমল য়াম্ন তাংখৎচরব, লৌশান

ফৌথৈদং কাজব, লৌমীন অৱামন ওক্লব লৌহৌরবৰু কাব ম্নারোই খিংলিব ভায়বু করি মিং কৌবগে? ঐগি মিংদি ইতৈঙোম্নু কৌই নিঙোলশিংন, মীয়ামনদি বীজ মন্ত্র কৌবি।

বোরা ঃ— ঐগি মিংদি বোরাসিং কৌজৈ, ফৌদ নত্তে ঐন কোঞ্জব লুন চান্ন তৌজব কনাই হৱাই চেংৱাই, চিনি থুম মৈতান ফাওব ঐন শেন্নতুন লৈজবনি। থাইনদৈ অৱাংলম মচা লৌ শূদন লৌবু শাবিরকই, মতু অরানব নীতিনি চুমথোক্লনি হায়তুনা মতমগি সরকারন লৌমী নথোয় লৌবু শারো, চহিগি কিস্তি ফৌ শংবাই অমগি মমন্দি অরিব লৌপু শিংদ থিব তায় হায়বদ, লৌমী ময়াম য়ানখ্রে, শিন্মী ময়ামম্নু কারখানা মখৈ মথোয়ন লৌজহৌরে। মতম্ননিহে ভায়া ঐথোয়দ শাওনু।

ইতৈঙো ঃ—কনাই সরকার নো মৱা লৌদে। কনাই আইন নো? কনান হোংখ্রিব চংনরোল শাজৎ লীচৎ নো ঐথোয়ন য়াদে লৌবুন মহাজন্না য়ানীংভম থোক্তে। লৌসান চিংখৎপ গাড়ী থিংজন্নু লৌমীশা নথৱাই মাংনীংদ্রবদি?

বোরা :— অরেম্বদ লিংজেল থান্নু লৌজাব ইনাকখুনব মহাজন মীরৈহৎ, কয়া কুইরে নথোয়ন শেন্দোই-লৌশান= ফৌদোই চাতুন লায়রব ঐথোয়বু শুমতুন নোইতুন ইরোন্দুন হাওন চারকইব মতম কুইরে, অমুক ওন্নরসি ঐথোয়দি শিব কিদ্রে। নথোয়বু শিব কিদ্রবশিংগি মমাংদ কয়াকুইন লেপ্ল ওমদগে? ঈ থিয়ো ঈ,

মহাজনশিংগি থম্মোইদ Operation তৌব তারে, লৌবু লৌশান চাব পুক্কংবশিংগি Heart Operation তৌব তারে অমোৎপ অমাংব পুকচেল শেংদোক্লব, খুৎলাইদি শিংজং থাঙ্গোন য়োৎপাক, হোরাই পায়জ অফংবনা হেক্ত।

(শাওন ঙাংবদ ইতৈঙো কি নিকই কাংদ্রমদু হুনখি শামাক শাজৈদা। অনীতু ঙহাক নুক্রা মুকে লৌ খর তৌনৈ মীৎ থব্রব)

(অনীতু কাংদ্রম মুন্নৈ থাল তৌনৈ ঙহাক)

শারাক ঃ—ঙাইখো ভায় শাওগৎনগুমসি ঙান তান ঙাংসি, নখোয শুবাইসি চৈ য়াম্ম তাংনব জাংগা ? লৌউবন লৌবুক্ত মাগি ওইরনি, দলাল শাব রাজমিস্ত্রীন দলালতু শাব লোইরগ মান শাজবনি চংতুম লৈখ্রবদি, কারখানাদ থবক শুরিব শিম্মী ময়াম্মা কারখানাতু মখোযগিনি হায়তুনা মপূ মহাজন্দু তাম্থোকপ য়াব্রাও চৈ চারোইদ্রা গুলীন তম্মকওইদ্রোও ?

লমহেন ঃ—মতম্মনি ভায়, চৈ মখৈ শীং ওইনখ্রে চাক থোংবদ, গুলী মখৈ লায়না মখল মথা য়েংনব য়োৎনখ্রে লাহ্লৌবশিংদ ব্রাইহন, রাবন, কংস, জরাসন্ধ কাপ্লব শিজিন্নখ্রে মতমগি য়াওন কনান থাম্ব ঙমদগে।

শরাক ঃ— নখোয় মতমগি য়াওন ঐখোয় খঙদে, নখোয় আইন্দু ঐখোয় চৎতে, নখোয় সরকার মব্রা লৌদে।

লমহে ঃ— পৃথিৱীসিবু নখোয় অহল্লমন্না শাব্রা ? লৌবুকশিংসি নখোয় নপা নপুন কনাদ শেন থীরগ মপু ওইখি। ঐখোয় খুন্দা লাক্ল ঐখোয়ন উরিব লৌবুকপু মপু শারকুনা লৌশান থৌররিব আইন্দু ঐখোয় কুমসিদৈ য়ানীংদ্রে। ফৌ চিংখৎপ য়ারোই থাইনগি লোঞ্চং ঐখোয় পামদ্রে, ফনেক ফৈজোম শেৎত্রে, খোঙ্গাও স্কার্ট খুনিংৱাংবী মতমগি শাজৎ। কদায় কাংদ্রেম্নদু পীরকউ, নথৱাই পুরম হনখ্রে। ( শারাক্ল চুপ থা ঙহাক খৎনৈ চান্নব মক ঙহাক মালহন থাম্নে য়ৈনৈ, কংসি ক্রিং ত্রুং খিংবদ হনুব ( পুপু, যন্ত্রশিং (মীয়াই) ইবুং ইবেং খোঙ্গাও স্কার্ট কৌবপ শেৎ, অপাম্বী ( সালৱার নত্রগ ট্রাউজর শেৎ কেবা লীক্লোন শিব ) মানবীস্থ সারী শেৎ খুজী খুনীংৱাংবী ··· মীতৈ ফনেক লায়র ফিজোন মকে পক্তব, মৌ লম্বীদ থবক শূবী নান্দবী ১ গা। অচা অথক মাইকৈ ২ দা পুথোরক পীজ পীথকই। ওইরোমদ Cold Drink অৱাংলমগি চানব খর, য়েৎরোমদ চাঙাং কবোক খর থারমগি লালু। টেবিল মচা অমমম য়েৎ ওইদ থারগ অৱাংগি কাংবু অম থারম কাংবু অম তোঙান তোঙাম্ন চা থক্নৈ। ইন্দুবগ যন্ত্রশিংগ অঙাং ২ গ Center Stage দা ফম্মগ য়েংই তাকই ঃ

১/৭

হৃম্বুব ঃ— ফরে হৃজিক নিপাগি খোঙ কাংজৈ লোইখ্রে, অৱাং কৌক্রু টিমগ মখা থাংজীং টিমগ। মথংদ চীন কাংজৈ থোম্নব তারে খাৱাং নুপীগি টিম অনী।

মানবী ঃ—চীন কাংজৈদ খোংখুৎতি য়াওনদন চীনগি জাৎতি লাগাম য়াওনদন থৌনৱ য়ানিকো ?

থৌমী ঃ— লাগাম য়াওনদ্রবদি অথীব খঙদে ফজব খঙদে পাঞ্জন থোইনব থোমজিন্নব য়ারেনে ? ৱারক ৱাতেম রেফরী জজ য়াওনগদ্রা ?

মানবী ঃ—অপাম্বদ খনবিয়ু Free Style চীন কাংজৈ পেন্নব ঙাংব তান্নসে, থীন চৈব মী নোক্লব তান্নসে, নোক্ল হায়ন ৱাঙাং ফজব তান্নসে ?

থৌবী ঃ— মীতৌ তম্ব ফিজেৎ চাকচা অৱাংলম মচান অপাম্বদ হৌবিরকউ তুং ইগ্গুগে।

মানবী ঃ—মীতৌ তম্ব হৈতবী চাউখৎতব খুন্নুং ইন্দোন খোয়ন অপাম্বসু তাকপিয়ু য়াই।

য়েন্দাই ঃ—মাইতৈর চাউখৎন হিংবী ইচেখোয় ত্তুৱাইদ হরাওন নোক্লব পাকফোং অমক্ক তাসে ?

অপাম্বী ঃ—চান্দ্রিতৈঙদসু তেঙ্গোৎ থন চারব তুংদসু তেঙ্গোৎ থনব য়েঙ্খাংসিবু লাইখ্রোই ইরোনব কৌবদ নোকপিনীংদ্রাও ?

য়েন্দাই ঃ—লাইখ্রোই চাদব হঙ্গোইব ঐখোযদি নোকচনীংদে, লুখাক ওইরব চুপখ্রব থরোইশিংতু তেঙ্গোৎত থাঙ্গৎ ওন্নরিব ফাগীতুবু হঙ্গোইবিদ্রা ?

অপাম্বী ঃ—অদোমগি ফাগী অমুক তাসি, করম্ব মীতানো খংজনব।

য়েন্দাই ঃ—মপাগ, মশাগ, মচাগ অহুমথক হোটেলদ চাক চাগে চাকলুক কয়া লৈরিগে হংউবদ। হোটেল লৈশাবীতুন মী কয়া য়াম্বনা চানবনো হংলকপদ নিপা পাখং মচাতুন ফাগী তৌনীং হায়রুরে ঃ মপা অনী, মচা অনী, মশু অম, মপু অমস্থ য়াওই হায়রুরে। হোটেল নুপীন অতুদি চাকলুক ৩দ ঙায়রে অতুক য়াম্ব চীন্ন চাবদি ওক্লরোই হায়তুন পীজখিদে। মী অহুমতু উরবফাও পীজদ্রে চাক য়াম্ন লাম্মবনি হাপ্পিংঙাই লৈতে ইকাইজে খন।

অপাম্বী ঃ—করি ফাগীনো তুবো নোক্নিংভম খঙদে ?

য়েন্দাই ঃ—পাকফোংনে নাইনু অম ঃ হোটেল লৈশাবীতুন পাখঙতুবু পীজনীংদ্রিব করিগিনো ?

অপাম্বী ঃ—নুংশিতুন তৌরম্নি ঃ হাওরোই মবুকস্থ থল্লরোই, পোৎ ফৎতবদ শেল মাংলনি অতৈদ চাজরুসনু থল্লম্ব তায়।

য়েন্দাই ঃ—সহরগি হোটেল ফম্বি হন্তরবালীন খিৎতং খোইদাখ্রবদ নিপামচা Hero মুবু ব্রাইখু মখোঙ চপখ্রগ নোংখোং-ড্রিঙৈ থাখিব তানরুব্রাও ?

মানবী ঃ— হেম্ন নোক্নিংব ফাগী মরাং মরাংদি ঃ ই ! লৌমী লুব্রাওবন অশথামাগুম মৈ হৌনশাও লৌশান পীররোই লৌস্থ মুল্লনি লৌবুদ ক্ষতিপূরন ওইন ফৌশংবাই অমগি

অশিংমন কুমখুদিংগি কিস্তি থিবিনি। হা হা হা লৌমীন দ্রোনগি মচা বীর অশ্বত্থামা, পুখাওগি লাইথেপ্রাই বা বা, বা! ( মচীন্ন অহুম্নক মখুং চুপ্প )

য়েন্দাই ঃ—( মতৌ উরগ তুক্কজব শা মচীন তৈথোক ) ঃ মচুই ফাগীদু মেঘনাদ ইন্দ্রজিৎ কি নাগপাশ হায়ব লীনথৌরী লাংন উপ হায়ব ফাগী অমৈ মাইয়োক্ত কাপ্লকপ ওইরিনি। অৱাংলম মচা মথকলোন তার্বশিংন মখারম মচাবু সণইরোইগুম মবুক ফন পণ্ডিও খঙ চাকখাও থমোই থোপ ক্ষফব খল্লগ মথক লোমদ Transplant তৌখিগে শাওনু, নখোয়গি লম্বী থোঙ চাউখৎ থৌরাং মথক্কি অরেম অতান শেম্বিনি নবুক ইংন লৈয়ু হায়ব লৌনম লাংদো থদংনব, মমীৎপাংনব মনা শিংনব, লাশান ফাব, গাড়ী থিংব হায়ব মৈগি চীং ব্রহ্মাস্ত্র কাপ্প ওইরিনি।

পুপু ঃ— ঙাইখো ঙাইখো নহাশা, ঙাইখো নাগপাশগ মৈগি চীং ব্রহ্মাস্ত্রগ থেংনহনখিনু। ঐ ৱাহং খর হংগে হান্ন খুন্ধ হৈব শিংব তাম্নৌ ?

( কাংবু অনীদু পূনশিন ৱাতানৈ চিবোন চিবোন মকোক মচিন নকসিন্ন। ঙায়নৈ শেম্নশা লমজেন থারমদাই মতৌগুম।

১/৮

সনাথৈ হুখে, লৈবাক্তে। কনা কনা তায়?

( মাইকৈ ২ মক মখুৎ থিঙ্গৎনৈ ) কনা কনান হুখিবনো খণ্ডুদি নখুৎ থাঙ্গৎলু ?

( মানবী থাঙ্গৎলি, য়েন্দাইমু থাঙ্গৎলি। ব্রা তাম্নৈ মুরুম মুরুম )

কনান হুবনো হায়য়ু মানবী ?

মানবী ঃ—মথারম লায়রবী-শিংন কোরীদ মিশিদ সনাথৈ তৈসিন্দুন লো-শূরুব লৈখোম হোল্লবগি অব্রাওবদু উদনব কম হোৎনৈ। সনা হুব থাবদি সনা চাদিং তৌব মাংহনব মরম চাদন শিজিন্নব হুরানবনি। লৈবাক্তি ওইজদে।

য়েন্দাই ঃ—( খাম্মি থৌমী, ফুগে মফি শেম্বদ ) ওাইখো ইচে, ঐগ তৌনগে।

( অতৈন খান্ন খান্ন )

থৌমী ঃ—য়াওশঙ কাও কুম্মৈ পাম্বা সংনব সনা চংনীং ৫/৬ না নানপ্পী খওদে যন্ত্র খওদে হুমাংমম লৈজববু হুরাল্লি হায়রবদি য়ৈব তায়, শেগাইতুন শেংশেং চাব ওম্ব জাৎনি চাক য়েন্সাং তাংবসিদ।

মানমী ঃ—কোরীদ ওহাক লংনব তৈরুব সনাদু অমুক লৌথোকপ য়াগদ্রা মাংলব সনা নত্রা শকথীবী ?

( থান্নৈ অসোমদসু )

য়েন্দাই ঃ—সহরগি শকহেনবীশিং, খুনীং ফেং, মাই মীৎ শঙ, শুনু পানকা মহীনি খওদে, নখোয়ন সনাগি লৈতেং কয়া

নঙকশমদ ননাদ, ননাতোন্দ, নখুৎতা নপহন থম্মিবদু লৈবাক্কি শেল্লেপ ওইন শিজিন্নব য়ারিব্রা ? সনা শিরগ অৱাইমন তিংদ্রা ? লৈবাক্কি সনা হূরানবদি নখোয়নে। কারবার তৌনদৌ শেল, বাজারদ কোয়ন চৎ শেল্লেপ ওইনদৌব মী কয়াগি খুৎথাং চৎনদৌব শেলবু লোম্ন সনা ওইন লেপসিন নঙক্তা ননাদ য়ান হূরাল্লবদি লৈবাক্ক শাওরোইদ্রাও হূরানবী, সনা হূরানবী! অতৈস্থু লাওই। ইকাইব নাইদবী!

মানবী ঃ—ইরল লৈবনিন থরদি শিবতারে লৈতবশিং মমাংদ লেম্নব নুংঙাই!

পুপু ঃ— লাংগন্থু, লাংনো। খৎনব য়াদে খুৎ খোঙ খুজিন খুৎতুম য়াওব য়ানদে। চীন কাংজৈনে, চীন্দন ঙাংব শিকপ লাওনব শক্কব, মরৈ য়েৎনব ৱাহৈ কাংদ্রুম হুম্নব থোম্নব, লংনব ওক্কব অৱাই অখুম চীন কাংজৈ ? ৱাহৈ কাংদ্রুম। সনা হায়বসি ফজব ধাতু gold বু খঙনবদনি ফজব অতৈবুস্থু সনা হায়নৈ, নিংথেম মচা নিংথৌ মচা শিংবুস্থু সনা হায়নৈ। লৈবাক্কি মমল লৈব পোৎ, মহৈ মশীং নিংথিব পোৎথোক মথৈ সনা ঙাক্কনি হায়ব য়াই।

১/৯

## অরাঙ্গদৈ লাওরকপ তানৈ

( চানীং থক্নীংব হরাওব লৌনীংব উৎ-ময়াম (Crowd behaviour) তাসিল্লি পূম্ন Circle অমদ মখুৎ থাঙ্গৎ মখুৎ খৎ চোংফন )

তাও তাও হল্লাপুরগি পেন্দব প্রজাপূম্ব ! থুংলরে রাজধানীদৈ অচাঅথক (১) নম্বো লমজেল, (২) লনথুম সনা লুপা খাও শেঙ্গাও লমজেল (৩) শেমগৎ শাগৎ চাউখৎ থৌরাং পাম্বৈ মহৈ লমজেল, মুন্ননু লাক্কনু, থৈদোক্লনু হূননু, মান্নন য়েম্নৌ অৱাংমখা, মমাং-মনীং জাৎ-বিজাৎ, ঐগি মীগি থায়ননো মীশক মীমায় য়েংননো।

( নিপা অহুম্ন ট্রিংউপু অহুম মকোক্ত মনমদ পো অমুক কোয়রগ পোখায় নিপা ৩দু হৌ হৌ লাওদুন চেল্লকপ মীয়ামপূন বৃক্তদু অমুক কোইরগ পোথায় ৱা তাম্নৈ লম্নাই নুপী অঙাং ২/৩ কৌরগ পোৎ-চৈ য়াম্ন খায়দোক্তুন খুদোন পীরম্মি লোৎহৌই। পী-পা Love Scene মতেক অম উৎনব য়াই, মমা মপা নত্রগ মচা মশুদ নুংশিন পীরম্বগি মতৌসু উৎপ য়াই। অমুক পোখৎ কোকথোঙনা অহুমদুবু ইল্লকও হায়দুন কৌই ময়ামসু য়ৌ য়ৌ মতুং ইম্ন চৎমিম্নখ্রে থাবল চোংবীগি খুৎসম্ন লাইরেন মথেক চৎপগুম ৩দুই মতুং মী খর খর হম্নখিবসু য়াই নত্রগ জগোই অম শাব য়াই উচেক মপীন (৩) মচা ৩/৪ দা চাক ইনবগি মতৌ তৌবসু য়াই।

---

# সনাখে হুখেৎ, লৈবাক্তে।

২শুব শরুক

২/১

মন্ত্রীগি বাঙ্গলা ওইব য়াব কা ১ মাঙ্গোন্দ গিংশেল শচৌব, মাইখন মচা ১ ফন্নব শোফা চৌকি মোড়া ফক মচা ১সু থারি। ঋুরামচা ১গী মনাক্ত থাব উগি মোন অম খাং, পুপু, কম্বল ১ ইন ফক্তুদ নাখোকই, মখুৎতা লফোই ১ নত্রগ পুংহৈতোন ১ পায়।

( তন্ত্রধার মুরুম মুরুম শোন থিরকই পুপুবু )

তন্ত্র ঃ— মঙ নুংঙাইব মঙনব মফম হোং হোংদুন তুম্মি হায়ব অহলদুবু কদায়দনোনে ? মাইচৌ ওইয়ুস্ত্র ইকাইব মাইনৌ ওই লৈব ( নাখোকপ তায় )

ইয়া ঃ ! সোমদ লৈরেদনা ! ওহ তাধন মাইনৌ ! করি মঙ মঙবিরিগে ৱাংলেন য়ুথক অমত্তং ননাওদ চানবিয়ো ঃ

মীৎকপ থোক ফম শংত্রিক মুন্ন য়েং লৈ, তন্ত্রধার কিদুন থর নিক মতুং হল্লি।

কৈদৌন পাইথোকই নতাৎত কিশিন্ন ? করি পাম্মি হায়রো ( মচিনবান তাশিন নুংশা হোঞ্জিন চিংশিনবদ চংলক )

তন্ত্রধার ঃ—হুজিকসিন অমগ অমগ থাজনদব চিংনব য়ুগনিন সার্টিফিকেট অমত্ত ননাওদ পীৱিদ য়াদ্রে তাধন ?

পুপু ঃ— ঐনবু করি সার্টিফিকেট পীব ঙমদুন ?

তন্ত্রধার ঃ—লীলাই Character শক্তমলাক ১০ মুক্ত দিরেক্টর অম থিব লাক্কনি, ঐন তাধন পূপুদ হংবিরো ভাবুক হন্নি। লীলাদু য়াম্ন হৈবনি, মান তাকপহুবু দিরেক্টর ওইহল্লু লীলা নুংঙাইন চুম্ন পূথোক্লীংবদি হায়খি।

পূপু ঃ— ঐঙোন্দ দিরেক্টর অহৈব অম মশক তাকউ হায়রদো-রিবা? ঐবু কনা তাকহন্নীংইবা নঙনা?

তন্ত্রধার ঃ—ইই! ননাই তন্ত্রধার ঐবু অহৈব অফাওব দিরেক্টর অমনি তাকপিনব (খুরুম্মি)

পূপু ঃ— মকোক থাঙ্গৎ মশম পায় মমায়দ মুন্ত্রিক য়েং (ঙহাক লৈব) নঙদি দিরেক্টর ওইৰদি হৈদি হৈগদ্রা? অহুডৈ নগুণ থাংভমদ নঙন মোইবুং খোংবকাম্ব হৌখিবদদি উখে্র।

তন্ত্র ঃ— হা হা হা করিসু লৈতে তাধন য়াওশঙ চাকচানবদ চাক থোঙগুম্বনি মোইবুং খোংবনবু হেম্ন লুই। ঙা চাক হাওরব মপোং মচৈ ঘী থাও মনা মশীং মরু মরাং মুন্ন থোং তং তং য়েং হাওত্রিফাও থোংবিরগ লোইরে। ইশাবু এক্তিং তৌ হাযরগদি হৈতব য়াদে দিরেক্টর ওইয়ু উঝা ওইবিয়ু হায়রদি য়েংবদ নুংঙাইত্রিব ফজদ্রিব ফাও খিংতংগ হনখো অমুক্তংগ ঔরাইখো হায়রগ লোইরে তাধন। করিগিনো সিদ পোত্থাৰিরম্বো?

পূপু ঃ— মঙ থিরকপনি, লফোইসিদি কনায়দৈনো? নিংশিংউ কাম্নদে হাওব্রা য়েংদৌবনি। (হাওন চাখি) ৩দ

১ ইতৈঙো, মমাশাবি (হাওরী শারি), ৩ মানৰী ৪ লৈবাক্লৈ, ৫ (Inspector Police) অপাম্বী, ৬ নাওৱী, ৭ তখেম্ব্রাঙ,

৮ ইমা মচা ( ইবেং ) ৯ ইবুং (Police Dog) — auditorium ( ভাবোক মরক্তগি ) থোরকই Stage দা কাহল্লকই মতিক চান শেং-চা।

ইতেঙো ঃ—ঐবু খঙবিদবসু ময়াওরিনিকো ঐহাক ইতেঙো হায়নবদুনে। রা অমত্ত হংজগে ? ঐখোয় উঝাহন পুপু হায়বদু নংপিদ্রা ? নমস্তে

তন্ত্রধার ঃ—লাকলে মখোয়সিনি তাধন। (লোম্ন) নমস্তে, মানি মানি, লাকপিয়ু কাখংপিয়ু অঙম্ব ফমদাব ঐখোয়সু লীলা মতেক অম ওরাইনরম্মি, নৈনরম্মি। কাখংপিরকও য়ানি হেক্ত মথং মথং।

পুপু ঃ— করি থবক্কিনো ঐবু থিরকপদি ?

ইতে ঃ— উঝাবু ননাই ঐখোয় লীলাই শক্তম লাক, ৯/১০ খক লাকচরি, দিরেক্টর ১তা থিরগ ঐখোয় ৯/১০ সিবু চুংফিরান চান লীলাদ অমুক্ত লেং পুথোকপিয়ু নুংঙাইন অসিদনি।

পুপু ঃ— কাখংলকউ লাও তান্নসি সিদ ঐখোয়সু খন্নরম্মি ঃ লীলা ফম্বাক্ত মতে মনাও খংনব মতৌ তমহন্বগা অশেংব খংনবদুগ করিদ খেন্নে করিদ মান্নে করম্বন ফজব চুম্ব ৱাংলি হন্থে। অশেম্বগ অশেংবগ, অশাবগ অওইবগ চাংদম্মব ঃ লাম্বা তৌহনব !

ইতেঙো ঃ- ( মুন্ন তারগ খুবাক খুই ) ঃ উঝা ইবুংঙো ! ননাই ঐসু অতুম্ব Case অম থোক্লে, লীলাই শক্তমলাকপ ঐখোয় Charecter ৯/১০ মুক লাকচরি দিরেক্টর অমদ ফজন লেংথোকহন টুচচুনীং মীয়াম্মাংদা।

পুপু ঃ— করি মরমগি অদুক থৱাই য়াওন শক্তমলাক মযাম পুরকইবা ? নিপাসে ( তন্ত্র ) নখোয় লীলাই দিরেক্টর উতাংবী হায়দুনে !

ইতৈঙো ঃ—ননাই ঐ কুমসি মন্ত্রীগি কেন্দিদেট ওইন লেপচগে কৈরোই লৈকাইন ( haracter Certificate পুথোকউ নহানৱাই মন্ত্রী ওইরুবদ লৈবাক্কি সনজীংদৈ গয়ন্তী পায়দুনা সনা ফকথি, অদুগ নিঙোল কয়া ফজব ফজবী ঙাক্ত লাকথি নিংঙোল লাকপ ইতৈঙো সীতা দেবীগুম মৈদ ইক্তন মীয়াম্মাংদ সনা অশেংব ওন্দন ভোট লেপ্প য়াদে থিংবিরে। ননাই ঐবু নিঙোলশিংন লাকপিবনি ৱাইবিবনি ঐন লাকউব নত্তে (কপ্পি)। সনা লুপা লৈরম্ব পূম্ব খুংত তিংথোকপ মীয়ামদ য়েম্বোকচখে, থৱাই কন্নব ইজজৎ ঙাক্নব।

তন্ত্র ঃ— শেল য়াওদনা করম্ন ভোট ফমদৌরি পার্টিন খরদান পীরকপ মরূপ মপাংগি পোৎয়েং শেননদি কোন্নগদ্রাও ?

ইতৈঙো ঃ—মসি নুপীসি ঐন অহানব য়াম্ন নুংশিন লৌজবনি, মচানুপী ১ ঐন মঙ্গৌন্দে লৌরগা য়োকহোই, ঐগি থৱাই জ্ঞান ওইরি তো সিনি। অতোপ্পদ ময়ুম পাল্লুরে চহি ৪/৫ নুপাহু শিখ্রে, হুজিক ঙাওরি ফৈরি খর তৌরে।

মমাশা ঃ—ঐন ঙাওরিবসে নিপা অমদু শিবগি ঙাওব নত্তে, নিঙোল ময়াম্ন খোইরাদ হয়িংখোইন ওম্বগুম নঙ্গৌন্দ ওম্ব উবদ ঐ হুমাং পাখৎপনে ঙাওবনে, ৱাই চিল্লম্নি নঙ্গৌন্দ থনবিবদা।

ইতৈ ঃ— মানি মানি শাওগৎকনো। লীলাসি পানখৎপ অমুক্ত য়াওরম্নখো।

মমাশা ঃ—ঐবু মীন অঙাওবী ওইন উখ্রবনিন নঙ্গ অমুক হঞ্জিন্নব তারে নুপা অতৈ থিব ৰাৰনি।

ইতৈ ঃ— খন্নসি খন্নসি শাওদ শাওরক্কনু।

মমা ঃ— নত্তে, ঐন ঙাওখিবসে নশুংলাংগি ঙাওখিবন হায়রিব ?

ইতৈ ঃ- ওইব য়াই, দিরেক্টরনা রাই পীরক্কনি। অদুগ ঐবু য়োকপি লক্ষ্মী, শেল পুথোক ইলেক্সন্দ মাই পাকহন ঐবু মন্ত্রী ওইহনবীদুন সিদৈ চীংলেম্বীসিনি।

মানবী ঃ—( মকোক খুম ইকাইরপ ) ঐদি ইশক থী, মন্ত্রীদ লৈব ইতিক চাদে হায়জবনে, চুম্ন শেল খর মদৎ তৌখিবদনি লোগে হায়রগ ইনাও নুপী লৈবাকলৈসি লো হায়জবনে। অদু লাইবক্ত তমদমানে। ( ইকাই মতৌ )

লৈ ঃ— অচুম অরান্স বিচার লৈতব, অফ ফত্ত থিদ নুপী পংথিথিব, অপাম্ব থবক পাংলগ লোইরে মী অতৈবু হাৎপ তুপ্প বেরা লৈতব। মীচংগিদমক অরানববু চুমহনৰ, ধমকা তৌরগ মীবু কিহন শিজিন্নব। ঐদি মচং নাইদব নিপাদ য়ুম পাঞ্জদে অচুম্বগিদমক থৱাইকৎনি চরাহেন্নি !

থৌবখুৎনেক ঃ—ঐদি ইবুক থম্নব গুণ্ডাইজম B.G., M.G গী স্কুল লিংখৎচৈ। মতম্ন হিংসা পান্নরকপ, গনতন্ত্রগি থৌরম কয়াদ য়ৈনশুনব ইশাবু কঞ্জনবদ নত্তন মীবু

কিহন্নব থাংতা শূব হৈব, মুক্কা শরিংশরাৎ কোংকু কেরাটি খর হৈজরুবত্নু নহারোলদা তম্বিজব। মতিক চান সেনবু পীরবদি নুপী ফাব নুপী চিংব অঙাং খণ্ডদে অহন খণ্ডদে মীনীংহনবগি ransomগি ফাৱগ লোৎপ ঃ নত্তে, মতম্ন হিংবগি তৌদব য়াদবন খর তৌজৈ।

ইবেং ঃ— ৱাকোই শুন লৈরে হুজিক শান্নদৌরিব লীলা অসে মন্ত্রীগি মচানুপী ঐবু শেনগি খণ্ডদে নুংশিনদৰগি খণ্ডদে গুণ্ডাশিংন ফারুবগি ৱারীনি। ডাকু মানব ধমকান ফারুব নত্তে বৈষ্ণব মাল্লগ চেংজংব অন্দর গ্রাউণ্ড হুৎতুন হিংব তীন্থ্রোক হায়গদ্রা শামরক ঙামরক হায়গদ্রা অনীসে অসিন ফারুব।

নাওরীঃ— লাইবকথীবগি শক্তমলাকনি মিংদি ঐ নাওরী কৌজৈ লায়রবৈ খুৎলাই অমনি। তীন্থ্রোক চাংদম্নরিব নুংঙাইজৈ তীন্থ্রোক ঐখোয়ন হুৎপ মফমদু লৈবাক্তু লৈহাও কায় মহৈ মরোং মনা মশিং নিংথিন হৌই।

তখেন্থাংঃ—হৌরকফম শক্তম ফৎলক্তব নহারোন কাওখ থাঙ চনফম লৈত মীরেম লৈবাক্কি দশা লাংফম ফত্তব কোক্লব খুনু য়েহ্লীং থাবগুম, মীন শরেন চনব তারদি নত্ত্রগ কালী পূজা তৌঝদ মী অহিংবগি শা কৎপ মথৌ তারবদি ঐসি কান্ননি।

তম্ব ঃ— মহু হুজিক্তি কয়া তৌনদ্রে, মমাংঙৈদদি করিনো কান্নৈ খণ্ডদে কান্নদে খণ্ডদে য়াম্ন থাজনরম্মি শক্তি পাম্বশিংন। ইবুংঙো নিংঙোল লাকপ নওবু মোংব হন হিদেন্দা মন্ত্রী

ওইব ফংনব ফুহিং লুপ্প য়াওরুদ্রিবাও মাইবশিংগ তাম্নরগ ?

ইতৈঙো ঃ—উঝাবু ঐ য়াওজরুরে অমুক, মতুন মন্ত্রী ওইজব ফংলুবনি থাজে। অমুক্ক লাইৰক শিদনাদ্রবদি।

তন্ত্র ঃ— কানবু কানরবদি লুপকদবনি, খুরুমদোবনি। শক্তি পায়ব হায়তু নুংঙাইখ্রপোৎনি।

পুপু ঃ— ইবুংঙো মন্ত্রী ফমদা, নিঙোল লাক্লপা! শাওনগুমসিকো, অশেংব অচুম্ব হায়বতু উৎপ তারবদি মীচং নাইব য়াদে, তুরুরগ তুই, চারুর চায় হায়ব তায় লোৎপ য়াদেদো।

ইতৈ ঃ— উঝাবু শাওজরোই, অচুম্ব অশেংবতু উৎচরগ লোইরে, মীয়াম্ন চানবিনব। নহানমুক ননাই ঐ পংহৌরে, নিংঙমহৌদ্রে!

তন্ত্র ঃ— ইবেম্মা ১, পুলিশকি পোষাকসিবু করি মতাংদ য়াওবগে ?

অপাম্বী ঃ—ঐদি খুড়া নুপীমচাসি গুণ্ডান ফাখ্রব তুংদ থিব য়াওবনি। মন্ত্রীশাব ঐখোয় ইতৈঙোবু হাৎকে তুপকে কিহল্লকপ মতমদা য়েক্লবশিংন, বোদীগার্দ ওইন ঐ শেম্নব য়াওই।

মানবী ঃ—তুম শেম্নবদগি থবক ফবনা অতোম্বীদ প্রমোসন ফংখি।

অপাম্বী ঃ—মন্ত্রীবু যত্তে হায়নব তাবদ ইচেমা নুংঙাইৰিদে, অফব মন্ত্রীদি মীগি অৱামন মাংহন্দে। শাওৰিরুনো মতুম্ন।

পুপু ঃ— ঐগা তন্ত্রধারসিন দিরেক্টর ওইহনব য়ারেনে।

ইতৈ ঃ— উঝান ফরে হায়রগ লোইরে।

পুপু ঃ— লীলা হৌরসি (খুৎনহৎ কৌসিন তুম্মিন্ন বা থর তাম্বে। অতুদৈ ইতৈঙোন ভোলুম ওইনব Exercise Book অম তন্ত্রধারদা পি হায়রপ পাব শারগ।

তন্ত্রধার ঃ—লীলা শান্নব হৌরসি, মী অম অনী ব্রাৎলবস্থ ঐন লোম্ব তারে, মীন ৫/৬ তনি তাধম্না ভাবোকহন ওইন মিৎয়েং তাবিরগ য়ারে য়াদে O.K. NG not OK, লাওবিব। শ্বা! ফিরোন মাই মীং শেম শানরুরো? অহানব উৎপ, মন্ত্রী ময়ুমদ অয়ুক য়াওশঙ ময়ানি। থায়নথ্রবি নুপী লাকপ; মথংদা ঙায়োনবী অনী ফাহৌব ইবেং মচানুপী চৌকিদ ফম্মি, স্কুল ইউনিফোর্ম শেৎলে, খোঙমোজা উপ্লিরি খোঙচুপ উপ্লিরি, মপা-বুংন। খিৎতং লাপ্ন সিপাহি ইউনিফোর্মদা Body guard শা, rifle মচা ১ পায়, ইবুংন শেম্নরি।

২/২

মমাশাবি (থৌমী) ঃ—ঐবু অমুক্ত চংজরকপ য়াগদ্রাও? (পুঙৌ-ফনেক অমনব শেৎ জয়পুর নক্রগ ফিত্তুপ শেগাইরব অম ইন মকোক্তি ইফা ফা অঙাওবী মাল্লপ লাক নিপাফুরিৎ শেগাইব তুইল অমস্থ লিৎলি।)

ইবুং ঃ- য়াদে ঙাইখো। নফি কল্লু। (মমান ইম্নফি ফৎ ফৎ কল্লি, নিপাফুরিৎ লোথোক্লগ নুংশিৎত কল্লি।

মমা ঃ— অতৈস্থ কনখোরা?

মন্ত্রী ঃ— চংঙো ব্রেকফাস্ট চাক্লরো, স্কুল খোংখিমি মেং। য়ামে, কপ্পমু ?

ইবেং ঃ— কনানো তাঙাওবীসিবু উখ্রু ওমম্ব তৌই।

( [illegible] )

ইতৈঙো [illegible] কদোমদৈ ফাওকই ?

[illegible] অপাস্ম [illegible]

চংখ্রে। ?

মমাশাবি (থবাইমি) ঐব [illegible] খাঙবন চংল্লকপা,

[illegible] য়াগক্তে ফাওজিল-

লকপ। করি পাম্মিকাস্থ হংইনে ঐবু চাকনিবী

ওইরবোই নিংব্র ও ইভো ঐবু ? ( খর হন্দোক খুংমেং

ফিকক খুম ) কাউররাও নঙ থবাইহানলে ঐ অত্তুঙৈ

লৈশাবীঙৈ ? নৌরিবঙৈ নঙ মঙাইরে লুন তৌ লৌবিরগ

ওবাই তোলোব হাম্নবক, শো। খর কোম্বদৈ, ইশৈশকপী

জগোই থেকপী মতুংদ [illegible] তুইনবাও ? ঐন

শাওচুন নঙ্গৌন্দৈ হেন্ন [illegible] ড্রাইভরস্থ

ওইব, য়ুম পাম্নোকউ, [illegible] নঙ্গৌন্দ বন্ধান

থনম্বদৈ। হন্দোকে [illegible]। য়ুমগী চৌথিচুন ড্রাইভরদু

চীংগি লোকচপ্তা শুং চংখ্রে। ঐ ব্রাই শংলে অঙাং

য়োকপ ওম্মনি পীরো।

মন্ত্রী ঃ— অঙাংদু চাউরে, স্কুল কারে। নঙন য়োকপ কাম্নরোই

মতমসিদ ঐহাক ফজান যোকখিগে মুখ্য মন্ত্রী ওইব

য়ানব।

মমা ঃ - ই ই ই মমাদ মচা য়োক্নব পীথোকনীংদ্রবদি মপাশাবসি মমাশাবিদু মনাক্ত থম্নিংবগুম অম মাইবীশেন হুল্ল ুব তারিব্রা ঐবো ?

ইতেঙে ঃ—মাইবী সেন হুল্লুন্থ, ঐ নঙবু নুংশি, অদুবু ঐ মহৌশাই উঝা একাগাড়ী নুংশিং তাবদু নক্রে মশোংকাব মন্ত্রী, মীয়াম্ন ইকাই খুন্নবদো। ঐবু ইকাইহনগনু নচা নুপী মন্ত্রীহন ওইরদোরিবী শনিপূরসিগি, মাবুন্থ ইকাই-হন্ন ুসি, নঙ তুমিন্ন লাপ্ন চংখে্রা। মমাংঙৈগি ব্বাথোক লাঙ্থোক পূম্ব কাঁউরসি ফৌশংবাই কয়া চামচংপি কয়া পাম্মি? পুরগ চংখে্রা ?

থবাইমি ঃ—হা হা হা হা …… থাজনা থিদৌস্থ লৈতে পেম্নব নোকথোক্কে। থাইনা মতম খিংতং শংবগ ননাক্ত থম্নিংলম্ব, লাইরিক তম্বিরিনি হায়দুন ইপা ইমাই মমাংদ তাংতৌ হেক মী হাংবগ সিনেমা য়েংউসি খুজিন শিকখিব নিপাদো করম হায়ন কাউসিগে? লুপা ১০০ চংপী নত্রগ ফৌশংবাই অমন নুংশিনখিবৈ মযেক প্লেট্টা ইখিবদু মুথংপ য়াগদ্রনে তখেলৈ নাচোমনি চিগোংলৈ? হা হা হা।

( ইবেং থোরকই বেগ পায় মতুংদ ইবুংন ইম্ন )

ইবেং ঃ— পোক্কেট মনী কদায় প্লাবুং ?

ইতে ঃ— গাড়ী এস্কোর্ট পার্টি লাক্লব্রাও।

ইবুং ঃ- লাক্লে সার।

ইতৈ ঃ– (১০ চৎপি ১ পী) ওহাক্ত হাংদন শেম্মো মাস্তর। মতমসি মেঘনাদ ইন্দ্রজিৎকি লৈচীন নোংফাইন অচুম্ব মশক থঙনদ্রবনি।

ইথুং ঃ— য়েস সার! (সালাম তৌই)

ইবেং ঃ— বাই বাই বাবা! (মখুৎ হাই মমীৎতি অঙাওবীদ)

ইতৈ ঃ— Good luck, নঙবু হল্লোনে, কদায়দ নয়ুম লৈগে? গাড়ীবু গিলহল্লরা?

থবাইমি ঃ—ইচানুপীদু পুখিগে য়াদ্রবদি ঐ য়ুমসিদ ওইব তারে। ঐন সিদ কপ লাও, মোইবুং খোং চরা হেন সত্যাগ্রহ তৌরবদি ওঝা ইকাইনি, ঐ তুমিন্ন লৈগে মীনাইগুম।

ইতৈঙো ঃ—নঙ ঐবু করিমত কিদ্রাও? য়েগনব চৈগনব থাইনৈ উঝাদু থক্ত নত্তে নহৈ, মতিক লৈবঁ নোংমৈ লোইব মন্ত্রীনে, মথুৎতা অফোংব সিপাই কয়া, অয়োনব মীহাৎ মীকু ওম্ব (ভি)-volunteer তেঙ্গোল অমসু।

থবাইমি ঃ—চরা হেন শিব ওম্মদৌব ঐঙোন্দ কিহ্নব করি কান্নরি? সিপাই ২/৩ থাক্তিন ফুতুন তাম্বোকউ, ইমানীন অতুঙৈ বামিন্নংমিন্নরিঙৈ মী হিঙ্গোন্দৈ সম্বন শৎলুব, কোবী থেকউব হন্থুবী পোৎফম ফম্বীদ নোট ফক্তব সেন চৎতব পীশিনখিব কাদু ঐন লাওথোক্লবদি মন্ত্রী কপকনি? লাওরোরা? (লাওগে তৌসিন্নবদ)

ইতৈঙো ঃ—ই তৌব য়াদে। (কারগ মচিন মেল্লি) তাম্বোক্লরোই লাওদন তুমিন্ন হায়ব ইন মীনাই শারগ লৈম্বু।

থবাই ঃ— মীনাই শাও শরুগে, অঙাওবী শাওশাগে, হায়রিথে ইন নৌজগে (য়েংলগ মমীৎ ঙইথ) থবাইমি থাইনৈত্রু কাউবিরোইদ্রাও ?

ইতৈঙো ঃ—থ্বাইদৈ হানবী মুর্শিদৈর নওব্রু কমাম কাউল ওমদগে ?

(থবাইবিনা ভোম্বান লেঙ্কহৎ কোন)

থবাই ঃ— নঙোন্দ ভোট পাবগা মেরাইটৈল কমন ভোট থাদরু-দগে ?

ইতৈ ঃ— চেং কোন্দৈ তকপা লৈখিবনি চংলু রাইকুপ খঙ্গে, য়েঙ্গাং কমম মাঙ্গ শাড ওবা শাক্বনি।

পুপু ঃ— (খুবাক খুই O.K. য়ারে শিনদুনদি)

তন্ত্রধার ঃ—Thank you Sir, শানরক ড্রাগরক ১ উবর মথংদা উংকদবি ঃ ভায়োনবি। ২ পান্তাপ লাকই। মন্ত্রীন telephone পুথোরক পায়রগ রারী শারি হঙ্গৎ হন্দা চং। থবাইমিনা অঙাওবী শা থবক নোমখি ইমুংদা।

২/৩

ইতৈঙো ঃ—ঐবু শেমজুন পাখও থম্ব লাকপ য়াহি হায়রিবত্রু করম্ব কাংবুনো ? অবাং কৌক্রু রোম থাংবায় কাম্বুরা নভ্রগ খা নোংপোকী নোংমৈথোশিংনা অং অং থরুবুদি লৈনি নহারোল ৫/৬ গুণ্ডাইকমদা master degree পায়রব মথোমদো খুৎলাই অপাইব কফবনি পায়জ অদুইনি।

কল্লক য়েংথীব য়াম্বন মন্ত্রী ওইবসি শান্তিদি থর রাংলি অং অং, হোয় ২, মুপী অঙাংনদি য়াম্ম ইকাইখুম্নে — নিপামচা হায়বু অদুনিদনা হায়দুন থাগৎনৈ।

হা হা হা ……

নাওরীন রেদ অম মখ্যাংদ য়েপ মুপা শা শারী নত্রগ মপান নাইব শেং শাল মচা অম হন লাক্লগ।

নাওরী ঃ– তামো, অমুক্ত চংজরকপ য়াগদ্রাও ?

ইতৈ ঃ– কনানো ফজেনে ফনা, ( শোনব ) লাও ইবেম্মা করিনো ? করি পাম্বগে ?

নাওরী ঃ—তামোদি লৈবাক য়াব, মন্ত্রীনিন কনাস্থ ঙাকশেনব বোদীগার্দকা থম্বিদ্রাও ?

ইতৈ ঃ— ঐদি কয়া নত্তব ভৌজদব অদুগ সিপাই মশীং থর কোম্নদ্রদুন ঐগোন্দ য়ামদন থুংবিরে, করিনো মতমসিন থাজনদ্রবনা ঙায়োনবী ফাওব সিক্যুরিটি য়াওদনা খৈদেন কাব কিজ্জে হায়নরে, থৌনা ফব Volunteer Training ওইন তলব তঙ্খাইদ ১০০০/২০০০ দং থমদব য়াদ্রে ঃ ঙাক শেন্নবা মীচমগি, অশোনব মুপী অঙাংগিস্থ মপোৎ মরল বাজারদ লম্বীদ।

নাওরী ঃ—থাজনদবগি রাদি তামো করিনো ঃ ইনাও নিপা অমে থবক, সিভিল সপ্লাইজদা হায়রা ঐদি মুমমু খওজদে লুপা লিশীং ২০ চনসিনখ্রব, লৌ-ফিঙ্গোল বন্ধক থমজরগ থবকস্থ হাম্মিদ্রব, শেন্স হন্দোকপিদ্রব!

ইতৈ ঃ— মশক মুম্ন খঙদব কনা কনাদ অতুক য়াম্ব শেলবু পীসিল্লু বদি ? নিপাদ্রা মুপীদ্রা ? কৈরোইনি লৈকাইনি হায়রম্বা ?

নাওরী ঃ—অহোয় নক্নখ্রব ঙাক্নি, চান্স চান্নথ্রব। তামোদ য়োখ্রে, শোইবিপোৎ নত্তে হায়ত্রুন তামোবু থাজনবদগি।

ইতৈ ঃ— ঐন খুৎন পায়খিব শেলদি নত্তেদো, ইখুৎ চনখ্রে করম্ন খঙিও ? করিগি থাজরুই ? কনা ওইরম্নি ? কৈরোই লৈকাই।

নাওরী ঃ—করিনো থবক থর হাংলে, নত্রগ অনৌব হাপকদব লৈরে হায়রদি থবকতু পূব মন্ত্রীগি পাম্মোম কৈরোই ময়াম্ন চীন ৪ পানব ১০ পানব ক্বাক ক্বাক থোংত্রুন লাও-থোকই নিলাম লাওবদৌন মমল হুনগৎনহল্লি। শেলদু চাব্বিরো কৈরোই ওইবস্থ লৈকাইবু ওইরস্থ থবক্তি হাপ্পিয়ু পীবিয়ুদনা ? ময়ুম হিঙ্গোন বক্সান চৎ নত্রগ য়োল্লগ তলব চাব থবক অম লেপসিনজগে হোৎনজব কাংবুদু শেলন চস্সিল্লু থবক্ত পীবিদ করি ওইব হৌনদগে ? সনা বুদ্ধি অমুক্ত তৌবিয়ু।

( কপ্প মতৌদ ঙাংথৈ )

ইতৈ ঃ— কপকনু মী তাখিনি মুপী মচা, নত্তে নঙবু মুপীরা নিপারনহে ? ( মুম্ন পায়ত্রুন য়েংবদ ) (মকোক্ত মথাদ)

নাও ঃ— মুপী নচদে ( খংহন্দোকখি ), অমুক পাংদব ঐন নিপামচা ওইরুত্রুন করি কান্নদগে খঞ্জ ( মুপী শারম্ব

থন্ন লৌথোকই থ্‌বাংদৈ ক্ষুর ব্লেদ লোথোক উৎ, নুপা শাৱগ লাকচবনি লৈকাই মন্ত্রী উন্নব ফংজনব। ব্লেদ মচা অম য়াওজরকই, করিমত কিবিনু ইকাইখুম্নরব কৈরোই মন্ত্রীদ লেম্নব নস্তে, নমাংদ সাক্ষী ওইহল্লগ ইওক্ত লেপ্ত পাংদব অপগুব ঐদ থৱাইসি চুপচরগে তৌবনি। ( লাকৈ ফানে মন্ত্রীন থৌনা ফন মখুংতু লৌথেকই )

ইতৈ ঃ— থাদোকউ ব্লেদসি, নওন ঐবু কৈরোই লৈকাইগি মন্ত্রীনি হায়রবনিন, নঙ্গোন্দগি লুপা লিশীং ২০ ঐগি কৈরোইগ লৈকাইগনা হাৎখ্রে হায়রবনিন, শেন্দু ঐন শিংব তারে। ঙ্গু য়েৌন থৌনা ফন সি য়োরক্লবনিন অচুম্ব ওইরম্ব য়াই। নওন তৌশিন্নব শাসিন্নব ওইয়বসু নিঙোল ময়াম্ন ঐবু ইতৈঙো কৌবিদুন ভোট পূম্ন থাদবিব ঐবু "কৈরোই লৈকাইদৈ মন্ত্রী কৌব ওম্বগি মনা ওইন পীগে লিশীং ২০ দৈ হেম্ন শিংকদব সনা মরৈ পরেং!

কনা লৈ হুৱাইদা? নুপীমচাই লীক পরেং অচোব ১ পুরকউ।

( মমাশাবিন পুরক্ল পীরৈ নাওরীদ )

মমা ঃ— ( পীদ্রিঙৈ ) অথোববু করি মিং কৌবিবগে?

নাওরী ঃ—লৈনুং লোং কৌজৈ।

মমা ঃ— করি শিন শুবিবগে?

নাওরী ঃ—শেঙ্গা থুমজা মীওৎ মীনৈ লৈবাকি অমোংপখে মৈ থাদোক্লব মৈথেৎকি থবক তৌজৈ।

মমা ঃ— অদুদি নও লৈবাক্কি মরুপ্পি, গাশক্র নত্তে। সে স্নরিক পরেংসি নতিক চায়। (পীরগ লৌই মখুৎন) অদুগ য়েংওই ঃ পদ্মভুষন মৈখেৎসিং! নওন হিংচাবগি নমথাক লৌনম অমোৎপ চক্রুজকমসি হল্লাগুরগি, মৈ থাদোকপ কান্দ ঐখোয় নিঙোল লাকপ খ্বাইগি ইতৈঙো অগোমলকাপসিদদি থাকপিরম্মু, মদি তশেংন কৈরোই লৈকাইদবু লুন তৌজব মন্ত্রী অমনি। (মনা চংখি)

নাওরী ঃ—অদোমবু কৈরোই লৈকাইদৈ মন্ত্রী হায়নবসি পাম্বিব জাৎলা ক'রদৈ যংবিব মিংথোলনো?

ইতৈঙো ঃ—মতম খর ভোট খোম্বদ ভোটুগি নুংশা হোনখি কৈরোই লৈকাইদবু শেমখি, কৈরোই লৈকাইদবু লৈবাক ওইন থনখি, ঐগি অরানব হুরান পুকচেল্স খওবিখিদুন পামজদ্রব মিংথোল, বদনাম কৈরোই লৈকাই মন্ত্রী, ইরাইবক্ত তম্বিখি। (মমীৎত মপি চেম্থ) ঐ তশেংনমক কৈরোই লৈকাই নত্তব প্রজাশিংবু য়েক্লবগুম মীতোপকুম থনজবদি নত্তে।

নাওরী ঃ—(সনাসি পায়সিনবিয়ু) মন্ত্রী সাহেবকি মিংদ পাম্মোম কয়া থাদোকপি, ইনখোনব লোং খোনব তুরেলদ পাৎত খোংবান্দ, ফারকপ ঙখা ঙমহায় ঙাশাংদুন কৈরোই লৈকাই চাকচানরগ ভোট ফংগদ্রা? থনবিয়ু চাখিব্র চেং, ঙা, য়েঙ্খাং নাপীশিংদো লায়র চুদৎনব মবুক থনফাৎত্তব, সেকেন্দ হেন্দ ফিজোন্দুম্নু অফোৎপ শেৎপ লিংৎপশিংগি হোংলব পিরাংন চামথোক্লব ঙাকি,

য়াক্লপ তৌবিদ্রাও ?   ( তুম্নিন ঙহাক লেপ্লগ )

চাক চানৌ ইশৈ জগোই কৌ, ফাগী লীলা হরাও কুম্মৈ, নোকউ খেউ হৌনা, লৌ-হিংগোল য়োম্থোক্ল থবক্কি শেন্দি চনসিনখ্রে, কৈরোই লৈকাই মন্ত্রী ময়ুম থবক্ক শোইহল্লে সেন্সু হন্দোকপিদে তেংথারি কপ্পরি লৈকাই ব্রাংমদ ঃ  হৌন নোকও, কপ্প তাদনব লমজাশিং। ( মপি তৈথোক ফিরুক খুম্মগ থোকখি )

পুপু ঃ— ( খুবাক খুরগ ) ও-কে !

তন্ত্রধার ঃ—য়ারে।

২/8

মথংদ ঙায়োনবী ২ গ লোংউপ তখেন্থাংগ। মানবীন মপান্নাইবশেং ইন্নফী অপাব ইন লীকশি লুনা কেন মাংখা মতুংদ লৈবাক্লে ( য়েন্দাইন ) ইকে কেদ ঙায়োনবী যিজেংত চম্ন শেং মকোক্ত ঙারুবাক টিনগি ১ থোং, মখ্যাংদ খ্যাংচেংলাক মঙানতা, মতুংদ লমহেনব বোরাসিং ঙামী ফিজেং শেং ফৈজোম কৌ লৌখাও ফুরিংমকফ লিং মকোক্ত ঙারুবাক ১, মখুংত লোংউপ ১ পায় মৈখেং কেমেরা ১মু; থেক নৌ লৈমন ফপ্পহুন তুরেনগুম লাইরেন মথেক্ত চংলি মতুংদ অনীহু তবি তবি তান কায়দনব ইন্নরি. Back ground দ ইশৈ ওইন খুন্নুং শৈহেক্ত পেনা নত্রগ বাঁশীন ইন্ন।

ইরাইলৈম মানবী ঙায়োনবীনি নহে লোইরোই লোইরোই কারকই, পাংতগি ঙারুংবুরেন্দি অথৌব, নিঙোল থব্রাই লুপ্পভম,

মাঞ্জ মাবু উজব ফংগদ্রা নিংদোনচোং, লৈরম্ব থোক্লো করি ঙানোহে অহাওব্রা হাওতব্রা ? মীতৈ খাবক পেংবা শরেংলা হংলক ; পুজরিবনা ঙাখা ঙামহাই মরুথো, হুরুলাওবী মাইঙাংবী, মরুপোলাং ফাবৌঙাগুম ঙাকত।

য়ানব কনাগি খুদোম্নোহে ? পুজখ্রো চৎলু আদ, হৈদোকউতু খৈদেন নালা মপান থোক্লভম নমথীরোক্ত চৎলু হায়রদি কমদৌবা ?

( খোংকাপ ৪ থাং ২ হন, ৫ থাং ৩ হন ইকাইব চিংনব থৌনান অমুক চথৎ তৌব )

ইতৈঙোন মণ্ডক পৈথ নুংঙাইন য়েংই মশক নতৌ মখুৎ খৎ কৌশিল পোৎ থাহন ফমহল্লি। মথং মথং মনাক্ত চং চংতুন ইতৈঙোন য়েংই মানবীন কেতুন নোইতুন জগোই শাথেক্ত উং পেম্নব য়েংহল্লি য়েৎওই মাংতুং হরাও মোমোন, লৈবাক্লেন ওন্ন তৈনব শাওরংন শুগৎতুন থৌশাবিদ মখুৎত খিৎতং পায়রুবদ থক ইম্ভোরকই মখোঙস্থ ফৎ কাওথোরকই। ফাগী তৌরুরে শাওরকই।

ইতৈ :— ( থাংতেক্ত ) ঙারুবাক পুরকপগি ভারাদি ফংলব্রা ?

থাং :— ফংদে, ভারা লৌজরোষ্ট।

ইতৈ :— অতুদি করি কাম্নব লাকইবা ? রাদ্রা ?

থাং :— কুম্মৈ নুংঙাইব, মন্ত্রী হায়দু কয়া নুংঙাইন পানব, করি করি ৱাইচিনব লৈৰ খঙনিংবশিংদু খঙঙিদনা।

ইতৈ :— নমিং করি কৌই ? করি শিন শূই ?

থাং ঃ— ইমিংন থাংতেক, তখেম্বাঙ ইকৌ কৌই শিন্ফমদি থোইদোকপ পায়খৎচদ্রি। ঐন পামজবদি থানাদ খন্দন লম্মাই হোৎনরগ হূরানব অচৌব ফাবনি।

ইতৈ ঃ— মতুন করি কাম্মনি নঙ্গোন্দা ?

থাং ঃ— ঐঙোন্দসু কাম্মরক্কনি, লৈবাক্কি লনথুম মাংহন্দ্রবদি খঙ্গবা।

ইতৈ ঃ— নঙ গেট্ট অমুক থোকউখো, নমিং নথা ইহল্লু, ঐগ অমুক উম্নখিসি ঙাইখো, নবুক থম্নব হাম্ন হোৎনদন করিগিনো নঙন লৈবাক্কি কাম্নব থৌ অরুব খুদোং থীনিংঙাই ওইব হূরানচিন্থী ফানীংইবো ?

থাংতেক ঃ—চুম্মি সার তাকপিরিবদু ঃ পুক থন্দন করিমত তৌব য়ারোই। অদুদ লৈবাকসে পুকথন্দব, থনফাওব, থনসিম্নব য়াম্মনখ্রদুন থবক মুম্নবগি য়ুবী রাকপীদ মনা ফংদৌরিবদি য়ুবী লাকপ অমত্তনিদো হা হা।

ইতৈ ঃ— অদুদি চুম্মি।

থাং ঃ— অদুগ লৈবাক্কি ওইজ ওইথক ফংনব মপু মবেন শাবিনব ভোট লেপকে, চৌকিফম্ব থবক তৌগে হায়বদি য়াম্ন লৈ, মতিক মরল মগুণসু চেনব কাংবুনা !

ইতৈ ঃ— চুম্মি রাজনীতিসু কারবার ওইন তৌনরে শেল য়াম চংনৈ !

থাং ঃ— খিৎতং চারগ থক্লগ হিংব তমজরি লৈতদুন থর থর হৈজরে। লৈবাক্কি তশেংন কাম্নব পোৎ চৈ শংব,

হূরান চিন্থী ফাব থব্রাই শোনব অরুব অরাব থবক তৌবিনব মীশিংদি য়াম্ন তাংই, তলব পিঞ্জরগ থম্ব অনেকপদি য়াম্ন লৈথোক্লি, ফারগম্নু হেক থাদোকপি হায়।

ইতৈ ঃ— চুম্মি অদুম্নু।

থাং ঃ— অদু সহরদা লম অহাংব মনুংদ লুপা য়াম্ন ফম্ব Plot মাংলে, সনা থোকপ থনি, মন্দিরদ তৈব সনা ফাওব য়াম্ন মাংনরে হায। থিবিনব তাংই কিনৈ থিবম্নু হাযদুন ইশিল ওইন খঞ্জরব।

ইতৈ ঃ— চুম্মি শক্তি পাযরিঙৈ মন্ত্রী খঙদে অঙম অগৌ খঙদে লম-লৌ পীথোকখি, লম্মাং পীথোকখি, থুমখোঙ লখোঙ লুপা খোঙ, সনাখোঙ মরী মতাদ কনান ফারুনি? পীথোকই হায়নৈ।

থাংতেক ঃ—ঙকলিবদি ঃ আজকালসিদ অদুম্ব হূরানচিন্থী তৌবগি লাইসেন্স পাযবাশীংদো ইকাইনদে লেম্নে, কনাই নুপী তঙাং শাসম্ন ফাও মখোযবু ইকাই খুম্নে, মখোয়ন মনীংঙোঙদ ফাওজিল্লকপবু হূইজাউ হূইনাও অমত্ত খোংদেনে। তামো য়েংওই, মনীংথোঙ মপা সম্বনবু করিনো, কংখুই শুরুংগুম ফাংলগ থম্মিবা!

ইতৈ ঃ— নঙ ঐগ অমুক ৰারী শাখিসি, গেট্ট নমিং, চল্লু ঙহাক ঙায়রম্মু, য়াম্ন নুংঙাই।

থাং ঃ— থেঙ্ক য়ু সার। (চংখি)

ইতৈ ঃ— মসি ঐখোয়দোন মরাল লৈ। মন্ত্রী ওইব য়ানি।
( মমাশাবি Tray অমদ চা কপ মচা ৪ পুরক্লগ পীরৈ লৈবাক্লেদ মানবীদ মন্ত্রীদ অম উদবদ মান থকই হন্দোক্লগ লাপ্লপ ফম্মুই )

ইতৈন ঙারুবাক ২ দু হাংলগ য়েংবদ ফ্রেম চনব ফোটো মানবী অমদি লৈবাক্লেগি য়াওবদু মশক্ক থান থানদুন য়েংই মানবী মমাই পায়ব মশম নানব মতুং ওস্তোক থেকউ নৌ ইয়া য়াই, লৈবাক্লেদি বেরা খর তৌই, ফাদুন য়েংই, ফুই চৈ ( অঙাওবীরা নঙবু লম হেনব য়াত্রা ) কোনুংদা জগোই মতেক শাও লৈয়ো মোমোন নমীংতু চেপ্ল য়েংলকউ, সেরান তুরান নিঙাই তৌই। মোমোন নোক্লব মচিনবান পায়রুব্দ ময়ান চিক্কে তৌরকপদ।

ইতৈ ঃ— হৈ লম য়াম হেল্লিবজাৎলা ? ( মমাদ ) থৌরীগ লীচৈমরুগ লোথোরকউ হে।

মমা ঃ— ( লৈবাকলৈ মনাক্ত ) মথদাং থাঙ্গৎ নঙবু লৌবুক্ত অমুক্ত সম্পোৎ খোইনরুদ্রিব সন হাতম্লা ? নিঙাই তৌজনু অঙাওবিশা চাক ওইন, থব্রাই য়াম্ন চাকপনিকো চগৌ য়েংদুন স্নম লৈবসে। খঙঙবা ? ( লোম্ন ) গাড়ী চিংউ ঘী, সম্পোৎ খোইয়ু অঙ হায়য়ু, নবুকস্থ থম্নব কংস্থ কংনব, পঙগনো। ( চংখি )।

ইতৈ ঃ— ঙাতোন মাল্লি, মশক্তি, মচৎ মতৌদি ঙাশমজেৎ ঙাহোরাই মসিবু ঙাহাপ ওইন হাপ্লকপ জাৎলা স্না মানবী ?

মানবী ঃ—সুপা লখা ল্লিশীং থর অমাংঙেল ভোট খোম্বদ শিজিন্নবিগ্নে, ঐঙোন্দগি, হুজিক্তি মন্ত্রী ওইখিরে মাইপাক্কুন মসিদ ঐন ঐঙোন্দগি শেলন খোম্ব ভোট য়াম্ন ফংবদগি মন্ত্রী ওইখিবনি, ইশক থীগে থীয়ু, পামগে পাম্মু পাম্মোই তোকউ ঐবু মন্ত্রীন লৌবিদব য়াদে হাম্ন হায়নশীংন লৈরম্ব নিঙোল মথৈ তাম্থোকখ্রে। হায়বত্নু ঐদি হায়জনীংদব। ( মখ্বাং মেৎ ফনত্নুন লৈ )।

ইতৈ ঃ— ( নোম্থ ) করিগি হায়বিরুদগে। নহান কাকাগ ব্বারী শাৰ কান্দ ময়েক লান হায়নদ্রবস্থু ভাবন ইমুং অমত্ত ওইরদৌব নি হায়ন খঙনখ্ পোৎনি। ঐদি থাজনরুরগ আশা তৌনরুরগ হুৎ লৈথোক চেনব শাস্থু নচ্ছদে। ইনুং লেল্লগ কাউথোকপস্থু তৌজরোই। করিগুম্ব ইবেম্মনা ঐবু অচম্ব, মন্ত্রী অম্নি, মুখ্য মন্ত্রী নত্তে, গভর্নর নত্তে হায়ত্নুন প্পাম্বিদ্রব, ঐ করিমত শাওজরোই।

মানবী ঃ—মন্ত্রী হায়বত্নুদি মবুকচেল চাউব তাব, মীয়ামলৈবাক্কি পেম্নব শাজৎ চংকল্লি খঞ্জ, ঐ ইথন্দ লৌবির য়াম্মন্দে ইতিক চাদে লিকই খর্নাবদ্রা কিজবদৈ ইনাওসিং হাতমমচা অম ঙাতোন মহা মানবীসে পোৎহাপ ওইন কচ্ছগে পুরকপনি। (লৈবাক্লৈ মচেদ মমীৎ থায়)।

ইতৈ ঃ— ঐবু ইশক মুম্ন খঙদত্নুন ইগুন তাদত্নুন তৌরম্বস্থু য়াই। ( মন্বাক্কু চংলগ ) ঐ মন্ত্রী অমনে শনিপুরসিগি। ( ফন্দুন লৈরুই ) নুংশিজৈ পামজৈ হায়রক্কউ।

লৈবাক ঃ—হস্তিনাপুরগি মন্ত্রী শকুনিগুম্বা মনা য়াম্ন শিব ফংনি হায়রুন য়ুম্ব পান্দোশরুক কলেজ। লৈব রিকশা থোঁব মবুক হোত্রোং অমম লৈরগ য়োংচাক আলু ইরোনব হঙ্গাম পেরে চুম্ফু ৎ পেম্বব চাগে, খোইদো শ্রাওগুৎ হৌদোং লমকোইবু চাক ঙায়দো শরুক অহিং অহিং।

ইবৈ ঃ— মসি ওইনবকা য়াম্ন হৈদোরিবজাৎমি।

( মানবীদ নোক্লন্মগ চংখি )

মানবী ঃ—নঙবু ঙাওরব্রাও রাজধানী কোনুং উবসিদ ? (লৈবাক্লৈদ অতুম্ব ৱাঙাং শাঙাং লৈবাক্ল মকোক নোম্নরিব মখোঙ পায়নরিব Sir মণ্বীদ ( শেৎ শেৎ মনমদ মনীংদ ফুই খুবাক্ল ) হা ?

লৈবাক ঃ—মখোঙ পায়নরিবু পাপ কোক্লব্রাও ? মীতৈ লাইদি মখোঙ পায়গে য়ানদে, মপাপ শুদোকপিব ঙম্মোই খঞ্জত্নুন। মন্ত্রীন করি ঙম।

মানবী ঃ— খুনু মকোন য়েঙ্গোনবু ফুলাওন কাম্মগা চেক্কি নুংগি ফুরা ওত্থোকপ কনান ঙম্মি ? লম্বীদ ঈশিং চায়বী, তুরেলদ লৈঙোই নুং পেকপী লমজাও মচি অমদ য়েলাং পেরুক য়োনবী লুখোই য়েন্দং অমবু লৈম ওলহন কারদ হাপ কনান পুব ঙম্মি ? লম্বীদ কৌযেং কৌয়েং খোং লৈরম্ব হুইনাও মচা চিথুংব কয়া, মোমো লৌবুক্ত খোংলম্ব কাওমচা লুব্রাওর কয়া ইলেক্সন মতুংদৈ নেকটাই পুন দিরেক্টরগি চৌকিদ ফমখ্রে, খোঙভুপ তোং টুপী উপ সাহেব হায়না কৌদ্রবদি খুম্মু

য়াখিদ্রে ফুরিংখাও চপ কয়া সম্নীংহনব কয়া ?

( খুংচপ্পিন মবুক্ত লৈ )

( ইতৈঙ্গো মমাশাবি পুন্নগ থোরকই )

ইতৈ :— করিনো তৌবিনু, মরম্নাই তেজরক্কনি। লাকও মমা শাবি ? ( ঙারুবাক অনীদু লোম্নরগ মকোক্ত ফৈজা শারগ থোঙ্গংপ, ৱারীমু শাৰ )।

---

২/৫

( ফোটো অনীদুন টেবিলদ ঙাদুন থমহোব )

মমাশাবী :- ঙায়োনবী অনীসিন রাজধানীগি চেক্কি বাঙ্গলাদ ( এক্লিংগ কোম্ন লক্ত ) সনা লুপান গ্যাও গ্যাও থোং লৈম শিজ শা, ঘী, থাও সঙ্গোম হৱাই বুপবুপ চাসিন, মনিন কাব মহিরেন প্রোকসৌবি কুং কুং য়োং জগোই থেক, মোইবুং খোং লৈহৌরব।

অদুগ ঐন মহুৎ শিনব য়েহ্লীং থাব খুমু ওনজ পাংপান্দ পাইক্লরো য়েলাং পেরুক চা, হুরুম্নাওবী লোংন খোন পাংত কুম্মো স্নায়াথংবু ইকোক থোংন পুজরে লৈমাব, কৈরোই লৈকাই পুম্নমা ৱাইন শুক শকহেনবা।

( ঙারুবাক অনীদু মকোক্ত থোনবিন্নগ ইম্নফিন ফৈজা শা পুন্নগ লৈম অনীদুগি অকোইবদ অমুক্তং ৱাঙাংন ঙাংনচং কোইরুম্মগ থোকথ্রে। )

( ইতৈঙোন ইঙ্গিংনা লিক্লী মতৌ তম ইঙ্গিংন থক হৈব্রা হংবদা )

মানবী ঃ— থৌনা ফংবা তম্ব ফৈ হায়দুন খর খরদি

ইতৈ ঃ— নঙদি মেমা ?

লৈবাক্লৈ ঃ—No Sir ফোরেন লিকর নত্রবদি থকচদে।

ইতৈ ঃ— হৈমা ! ঙক্লব জাংনিনে হে ( মনাক চংসিন ফাগে কোমগে তৌবদ মখুৎক মখুৎক পায়নরগ মুক্লগা ফি শিন্নব মতৌদ পাকথনদুন ঙহাক লাক্করিবৈ ইবুংন কপ্পুন চেল্লকপ ; "পাবুং পাবুং" কৌ।

ইতৈ ঃ– করিনো করিনো ? কৈদৌরে ? তপথৌ পাখৎকনু।

ইবুং ঃ– ঐখোয় ইবেং মেমদো হুখেৎ্র লাকখেৎ্র ফাখেৎ্র ইমা মচা হুখেৎ্র লাকখেৎ্র, ফাখেৎ্র ইমা মচা য়োৎতেক থাংতেক বোরা পার্টিনা !

( অঙাওবগুম কোইরাও লাওরি )

ইতৈ ঃ— ( ঙাওব লৌন ) ইবেং হুখেৎ্র মেম লাকখেৎ্র মাবু শেন্নব নোংমৈ পায়ব মখুৎতগি দাকাইতিমা ওইরমদ্রা খঙদে ! ঐবু করম দৌদগে অমত্ত ঙায়বী ইচানুপী ইবেং হুখেৎ্র, মেম লাকখেৎ্র, মন্ত্রীগি মচানুপী ইমা মচা ফাখেৎ্র। কনান ফাখেৎ্র ? কনানি হায়রে ?

ইবুং ঃ— য়োৎতেক থাংতেক বোরা পার্টিনি হায় মশক খঙদে কৌন্নুংদৈস্রু অম য়াওখি হায়। কমদৌদগে সিবো করি ভৌসিগে।

মানবী ঃ—( ঙাওব য়াওই ) করম্নো করম্নো করি মতৌনো অঙাং ফাখ্রে চুড়াস্থাবন কৈদৌদগে খঙদ্রে।

লৈবা ঃ– (কোইচৎ কোইচেন মফমখঙদ ভাব তাদ মতৌ য়েংলম্বদৈ) মন্ত্রী অশিংবা ফোন তৌ, সাইরেন খোংউ অঙাং নুপী মচাদু মশক তাক্লগ শনিপুরগি মাইকৈ মরীদ থিহল্লু থানাদ তাকপ হৌনৈনে ?

ইতৈ ঃ— চুম্ব্রা হা ? ওই থানা থানা ইচানুপী চহি ৮/৯ শকহেনবীনে খর থিবিয়ো প্রজাশা লাক্ষীশা টেলিফোন টেলিফোন ! মনা পান্দ্রাও ৱা হায়গে লাও-ও ! ( ইমুংদ চংখি ) ( সাইরেন টু লাওন খোংলকই ) মীয়াম্ন কি-ন ঙহাক তানৈ।

মনুংদৈ লাওরকই ঃ মন্ত্রীগি মজাইবেম্মা চহি ৯ মমিং ইবেং, স্কুল কুম্মকপদ ঙরাং পূং ৩ দা, সিপাহি মখুৎতৈ দাকাইটি শিংন লাকখ্রে। মখোয়গি সিম্বোলদি য়োৎতেক থাংতেক খোম্ব বোরা ! সনা লুপা লিশীং ৫০ অঙাংদু মুল্লকপ ঙম্বদা যোৎতেক বোরাদৈ।

( তন্ত্রধার থৌব খুনেক অতৈসু খরদুম যাওশিনব য়াই নুংশা মপিহোন চেম্নরকহ মচীন্দ শোম্নরকই, I.P. অপাম্বীসু পোষাক্তা চেল্লকপ য়াওই। কদায়দনো সনা লুপা লিশীং য়াখ্রে ? য়োৎতেক হাপ্প বোরা মনুংদা করম্না অঙাংবু চংখিব্রনো ? হেলিকোপ্টরনা পুখি হায়বু কদোমদনো ? কদায়দনো ? থাদরম্মে

ছায়নবন ? করি উপায় তৌনি ? মন্ত্রীদি টেলিভিজন য়েং লৈব তারেনে।

মন্ত্রী ঃ— লৈবাক মচাশা করি পাউ তাবিবগে ? বাজারদ অঙাং ফাথ্‌গ সম্নীংহন্নবদ লুপা কয়াদ চৎনরবগে ?

তন্ত্রধার ঃ—খুরুমজরি মন্ত্রীসাহেব। জৈ জৈ ! অতৈসু নমস্তে জৈ জৈ।

অপান্বী ঃ—তপথবিয়ু অনরেবল Sir, ঐ থিজগে করিমত পাখৎ-পিন্নু পিকথ্‌ব লম্মচা শনিপুরসিদ কয়া কুইন লোৎপ ঙমদগে ? হুজিক হুজিক হল্লাপুর সহরসিদ লৈরমখিনি ঐ শোইদন ফাজগে Your honour.

ইতৈ ঃ— শকহেনবী নঙগি নথোনা নশক উবদ নখোন অমেংবদু তাবদগি ঐ পাখৎপ খর ফৈদনা। নমিংদু করি হায়য়ে ইন্সপেক্টর ইবেম্মা ?

অপান্বী ঃ—ননাই ঐদি অপান্বী কৌজে আজ্ঞা।

ইতৈঃ ঃ— Very good কাউগন্দব মিংনি অপান্বী অদুগ ঐবুদি খঙব্রা ? ইতৈবুংঙো ! অমুক্ত কৌ নখোন্দু ওইন-ম্মিনহৈ ?

অপান্বী ঃ—ইতৈঙো নুংশিহৈ। Thank you Sir.

ইতৈ ঃ— নঙ ঙাইথো ঐগ গুণ্ডা মকোন খরদ থিমিন্নরুসি কমান্দো পল্টন অম পুরগ।

অপান্বী ঃ—Yes Sir ( সালাম ঐটেন্সন্দ )

ইতে ঃ— গুন্দা কোলেজগি প্রিন্সিপাল, উঝা সম্নীংহন পুরেল পাক চৎখিনু বা খর তাম্নসি, হন্দক মাংলিব ঐগি ইচাসি নউগি নখাদ লৈব এজেন্টশিংদি থাওদেকো ?

থোৌবখুনেক ঃ—ঐগি ইখাদ লৈব এজেন্টশিং ওইরবদি কদায়দে ঐখোয় সারমক্কি অভাংদ শীংনবদৌন হে মওগুম্ব বানি ।

অপাম্বী ঃ—অঙাং মতুং ইম্নরুব সিক্যুরিটিগি অথোৌবশিংদি কদায় কদায়দ চৎমখ্রবা ?

মানবী ঃ— থানাদ কৌনম্নুন চৎমখ্রমানে । ওাইখো লৈবান্বে নউবু ঐখোয়গ লোইমরকপ ভারুবাক পুরকপ নিপাতুবু মশক কয়া মুম্ন খওনবজাৎনো ?

লৈবা ঃ— মীকি লাইকিদব লম্নথরদি তেনব মীৎতানি । থোইন মুম্ন খওডুবদি নত্তে ময়ুম মকৈ, মমিং মথা, করি শীন শূম হায়দুদি ।

মানবী ঃ— কোনুংলোম্নদগি থোরকপ মীসু য়াওখি হায়নবন্নুন মহাক্কুম য়াওরমন্দ্রা হায়বনি ?

লৈবা ঃ— তম্ববুদি ঙমদে, মচৎমতো বাঙাং শাঙাংদি খর অতুম চিংননীংঙাই মীশক অমনি ।

ইবুং ঃ— ( চেল্লরুগ ) পাবুংসু ময়ামসু পুন্নমক হল্লাপুর পুলিশ স্টেসন্দ লাকপিরো ? অন্দরগ্রাউণ্ড লৈব অথোৌবশিংন Radio দ্রা মরম্নাই লৈরমনে, Wireless নরা খওদে ঐখোয় মেমা ইবেং ইমা মচা বা ঙাংনি হায়রে । লাকপিরো তাহৌনব ? চৌনখি (অতৈসু ইম্নখি ফিংন)

( Stage দা পুম্পু মথন্দ মকোক পায় ৱাখন তৌ লৈহৌই, করম্ন লোইশিন্নি থনব ৱারক্তুন ঙহাক লৈরগ

---

২/৬

বোরাসিং, নাওরী অমদি লাইমচাগুম ঙক্ক ফজন শেৎপিশিবিরবী ইবেং ( এপল তংখাই চারগ নাওরীন Wireless কি মপোৎমচৈ ১ পুবকই, মিলিটারী ফিজোন শেৎলি অনীদ্রু পুপুন মঙক নোম য়ানীংব উৎলি, তৌ হায়ক্তুন মখুৎ শৎলি, ফক্তুম অমদ ফম্নগ বোরান লাওই Transmitter দা।

বোরা ঃ— আকাশবানী অন্দরগ্রাউণ্ড হল্লাপুরনি। তাৰিহৌ হুজিক মীৎন কুপ্পগি মনুংদা, অনরেবল মিনিষ্টর ইতৈঙো শকহেনবগি মাংখে হায়নব মজাইবেম্মা ইমামচান মপাবুংদা পাউজেল ১ থারক্নি ঃ

ইমা ঃ— Hallo, Father! Please dont worry over the loss of your daughter I am quite happy here. মখোয় হিংচাব নত্তে ঐবু নিংথৌমচাগুম থম্বি। চারিৰখৈ হাওই, চু মতেক ১ ওইরবস্থ, পুংহৈতোন শংমুম্নব অম ওইরগস্থ, উশাদ ঙা উশাদ পায় ভূম্বস্থ য়াম্না লুংঙাই।

ঐবু ননাক্ত পাম্বিরবদি পাবুংন চীংদোন্দগি খুনথিব মম্নিদো মিউজিয়মদ থম্বিরো সনা লুপা লৌ

হিঙ্গোল দোকান প্লোট মমল লৈব ধাতু পোৎ অতৈ অরিব, লিষ্ট ১ শেন্মগ মিউজিয়মদ থেৎপিয়ো। তাৎ তৌবিন্নু রেকোর্দ অচুম্ব ফংনবনি।

ঐবু ফারিবশিংসে দেমোক্রেসিগি Record Keeper নি। মন্ত্রী অতৈদম্বু ওৎলক নৈরকখিনি।

---

২/৭

( অহুমদু চৎখি ঙাংন ঙাংন নাকল অমদৈ Inspector অপাম্বীন Wireless Set পায়রগ ইতৈঙোগ ৱারী শাবৈ মতৌনি, মমাশাবি থৱাইমিদি ইম্নদুন তারি )।

ইতৈ ঃ— Hallo, Hallo ইবেং ইমা মচা ! ঐ হুজিকমক মনি চীংদৈ ফংখিব অদুগ অরিবপোৎচৈ ঐন খুঞ্জিনবমথৈ পুরনি Museum দা দোকানগি Plot ১০, লৌনিন-খিব একর ২০, পাৎ চাখিব ঙা য়োকখিৰ পুখ্রী ১০গী রেকোর্দ ইতৈঙো মন্ত্রীন সহি তৌথেৎলুরগে। ইপা মন্ত্রী ওইনীংদ্রে ভোটকা লেপ্পরোই। নঙ কৈদৌঙৈ ? করি হায়ন কৌরগ তাগনি।

ইবেং ঃ—Calling Father হেলোইতোম্বী হল্লাপুর, হায়রগ নচানুপী হেক্ত ফংবিনি। ঐন ফিদ্রিং ফিদ্রিং চোং কপ্প লাওব পাবুং তাবিনিংঙোই খিৎতদ ভাব তানসি।

Thank you father, bye bye !

অপান্বী ঃ—ঐদি লুপা লাখ ৫/৬ পুরকউ-কা হায়রক্কদ্রা খল্লুরে।

ইতৈ ঃ— ঐন কিবন অঙাংতুদ গুৎপি নৈবিব লক্লব, কপহনব লাওহন খোংহনব, ঐবু মুংশাথীম্নব ব্বাহম্নব ধমকা তৌরক্কদ্রা খল্লুব, ঐখোয়ন খল্লম্বগ শুম্নোক ওম্ন তৈনন তৌরকইসিদি!

খরাইমি ঃ—ঐখোয় কোনুংদ লৈব সনা লুপা ধাতুমথৈ য়োং পিথ্রাই লোইনমক মিউজিয়মদ থম্মুরগে ইচা নুপীগ ওম্নব। ইচান হেল্লি। ( চেনখিব )

ইতৈ ঃ— ইচানুপী অমত্তনি সিপাহি ১০ মুক্ল শেম্নবদ শোইরবসিনদি নুপী ৭/১০ শুব ঐখোয়দি ইচা ৩০/৪০ দি শুরক্কনি মন্ত্রী ওইব ঙম্পোৎ নত্তে!

---

২/৮

ইশৈ শক জগোই থেক নুপী কাংবু, নিপাই কাংবু Stage য়েৎ ওইদৈ লাকই। ময়াইদা ইতৈ+ অপান্বী লোৎলি উখ্রিনিখন ইকাই, অতৈ কনানসু মখোয়নীবু উদে, ফিভম হোং হোং ময়াইদ লোৎলি ইকোক কোকপদা। ( নুংঙাইনব মনোহর সাই বাসক অৱাই অখুম চোংফন Stage দা )

---

(লোংখাম কম খন্ত্রাক হ নোংথাং শিংতং তৌহন্নপ ইশৈ)

১ । সনখৈ হূখে় লৈবাক্কে,

লঙ্গে য়ুরে তিঙ্গাকোক !

চানীংঙ্গায় লৈত্রে, ভিক্ষা নিরুসে ? চাক লামমে অয়ো-য়ো ইমা ! কনান হূখে় সনা ? পেকখে় লঙ্গেদগি ? চাক ঙা চাক ঙা, করম্নো য়ুহায় হায়রে ! অহৈ অশিং অচৌ অশাং অঙম অথৌ হৌদোঙন ঙা শঙ ! লৈবাক্ক খনব, লৈবাক্ক হাপ্প, লৈবাক মীহুৎ !

২ । সনাখৈ হূখে় লৈবাক্কে,

লঙ্গে য়ুরে তিঙ্গাকোক !

কনান য়োনখে় ? কদায়দ থৈখে় ? মৈতৈ জগোই সনাহিং মচু মৈর্ব্বাক জগোই নীংলৈ থারৈদ শেল্লেপ মাংন য়োম্বোকখরে মীতৈ উঝা গুরু হৈশিংনা লৈবাক্ক খনব লৈবাক্ক হাপ্প লৈবাক মীহুৎ !

৩ । সনাখৈ হূখে় লৈবাক্কে,

লঙ্গে য়ুরে তিঙ্গাকোক !

মীতৈখোয় ফজ লোনচং শাজং মকোক খুন্নব মঙক নোন্নব অহল লমন লাইগুরু মমাং ( কৈনো ) ফনেকপু কলাপ্ত মবুকয় থাদোক হূই হৌদোংগিশৈ অকাম্পেৎ জগোই, সেনথোঙ্গৎ ওম্নরুব্রাও মীতৈরাদুরো অচ্চা মীতৈ মনাৎলা ?

৪ । সনাখৈ হূখে় লৈবাক্কে,

লঙ্গে য়ুরে তিঙ্গাকোক !

কনান য়োনখে ? কদায়দ খৈখে ? ঐখোয় য়াদেকো হুজিকমক শিংউ। য়েৎতৈ নুপীচা সিফাই ফিজেৎ ২/৩ ওইদৈ নুপা-চা সিফাই ফিজেৎ ২/৩

Toy machine গন অমমম পায় ইশৈ হেক লোইরকপদ হোলট লাওরগ fire, one two three দা পেদ্রেক পেদ্রেক কাপ হাৎলে, শিরে মঙকখৈ লেকথ মমীৎ লংখৎ তুদি তুদে, নুংগি মূর্ত্তিগুম খিন লৈখরে, (ঝম ঝম খদ্রাক নোংথাং) সিফাহিশিংন কিরতুন নোংমৈ থাদ এটেন্সন্দ চপ মান্নন লেপ সালাম তৌই ! Curtain তপ্ন চিংসিনখি। (ফারুব অঙাং নোংমৈ কাপ্ন য়াওনি নাওরী, বোরা ইশৈ শকনি। মন্ত্রী+অপান্বী অকোকপদ লোৎপ পাকথব থক থক নিক।

লোইরে।



ইং ১৯৯০ দা ইডুকেসন দিপার্টমেন্টকি মতেন কোংব

লাইরিক অতে তোংবাগি,

১। এ, এ নত্তে

+ দিরেক্টরগি শাসেমথাওদ

লীলা লেংবশিং

লুঃ ১৫/-

২। ভুরেল অঙাওবগি তোর্বান

+ দ্রগকি মঙ

লুঃ ১৭/-

অমসুং

মণিমমৌ, মেত্রিকপাশ, হিংমিল্লব

+ অতৈ অতৈসু ফংবিনি।

স্টুদেন্তস স্টোরস, পাওনা বাজার। সাহিত্য পরিষদ আফিস্ত